
MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
ACC. NO. 162246

M.U. LIBRARY
Data Entered

০১ . ..... .........

অহানবা থোকপা : ৮-১১-২০০৪

শেমজবী : লাইরেঙ্গ্রম তোম্বী দেবী
উরিপোক অচোম লৈকাই
ইম্ফাল ৭৯৫০০১

মখুম : বাজো আর্ট

ফংফম : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল

সুচেতা বুক স্টোর এন্দ পাব্লিশিং হাউস
পোলোগ্রাউণ্ড মনাক

রাজেস বুক স্টোর
গোভর্ণর রোদ, ইম্ফাল

কোপী মশীং : ৫০০/-

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং বার্ক্স, পোলোগ্রাউণ্ড মনাক

মমল : পেপর ১৯০/- লাইব্রেরী এডিসন ;

# কচ্চবা

মালেমদা ফাওরকওঁদগী পলেম শক্লা
অয়ূক নুংথিল নুমিদাং নাউকোনবীরকপীঃ
তাইবঙ মৈশা খাঙবা ব্বারদুনা
নীনিগী পুন্সি চেঙজেল লোইদনা
চৎলবোইরে খম্নুং অমম্বা লৈবাক্তা !
নহাক কায়নবদা থম্মোয় শোক্লা তেংথাদুনা
পৃক্লিং ঈপাক ঈথক-ইপোম হৌনা
ব্বাখল-অতিয়া নোংথাঙ কুপ্না নোংখোংদুনা
শীম্বুরি মীৎলুদগী পিরাংগী-নোংজু লেপ্তুনা।
ঐবু কয়াদা ঙাঙবীবা, কয়াদা চৈবীবা !
মীগী ব্বাবা উরগা কয়াদা ব্বাজবা,
মীগী নুংঙাইবা উরগা কয়াদা পেঞ্জবা,
মালেম কোয়না থিদুনসু ফংলরোই নঙগুম্বী !
তাররোই য়াব্বা, উররোই নুংশিবা চেঙলৌদো,
ফংলরোই অমুক হন্না নঙবু কৌজবা,
মখোঙ শোমদুনা নুংতিগী ঈচাইরম্বা চারসে
মহৈদুদঙ্গা চাবা ফংজখিরম্লবদি কয়াদা পেঞ্জরমগদবা !
হন্দক মপোক্কীদি শিংবা ঙমখিদরে লমন,
চন্নবা সাহিত্যগী ফৃড়া অসিমত্তং শারমগে,
কায়রবা থম্মোয়দগী শীম্বুরকপা প্রেমগী ঈরীক্লা-
থম্মোয়গী নুংশি ঈচেন্না কংদ্রিমখৈ লৈহৌরসনু।
ঙাইরম্মুকো ঐবু খম্নুং অমম্বা লৈবাক্তুদা,
মপুগী শীম্থা থারকপগা লাক্কে ঐসু
অমুক হন্না উনদুনা, নুংঙাইবগী পিরাংনা
কুইনা উনরুদবগী অব্বা মৈচাক কোকমিন্নসিকো।
কচ্চরি খুরুমদুনা নফমদা অরোইবা শ্রাদ্ধাঞ্জলী-
মীৎলু পিরাংনা চামথোক্লবা শেংলবা থম্মোয়সিনা
'অবোক' হায়না কৌজবসিনা পেন্নবীরোকো মপোকসিগীদি,
পোত্থারুরো থব্বায়না স্বগগী অচীকপা লমদমদুদা।।

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

লেপ্পা লৈতে অহিং-নুংথিল, চেন্থুরি তুরেলগী ঈচেল : চীংনুং-মান্নুং, উমং-ৱামং, লবুক-লম্মাঙ, লৈকুৎ-লৈতোঙ কয়া ফাওদুনা; চেলহল্লম্মী লমদম কয়া লৈহাও, চেন্থুখ্রি ঈথীল-ঈরৈদা-ফুমদী, কাওশীং ; লৈরাইদা হৌবা উপাল-ৱাপাল কয়া ফৃক্তুনা পুখ্রি; অমম্বা সমুদ্রা তম্না।

চেন্থুরি পুন্সিগী ঈচেলসু লেপ্পা লৈতনা : অৱা-নুংঙাই, কপ্পা-নোকপা, তিন্নবা-কায়নবা, অপাম্বা-অশাওবা, কল্লক-য়েংথী, নাপল মায়োক্লদুনা; অরোইবা অমম্বা পম্ভুং তম্না।

ঙসিদি পৃথিবীগী য়াম্না লুবা পুংজা অমা য়ৌরক্লে। মীশীংনা মীকুপ কাংদনা ঈশিং-ঈচাওগুম অকিবা ফংনা হেনগৎলক্লি। ফনা চাওখৎপা লৈবাক ওইদুনসু পৃথিবীগী করিগুম্বা মফম অমত্তদা ঈরাং থোক্তবা, কাং-খোং চাইদবা মফম লৈত্রে। মীওইবনা আইনবু নীংথিজনা ঙাকপা ঙম্লত্তরে। আইননা মীওইববু শীংনরক্লে। অহুমগুবা লাঙ্গাও থোক্তুনা পৃথিবীসে মচেৎ-মচেৎ উফূলতানা কায়খিবা য়াবগী অকিবা পোক্লরে।

চাওখৎত্রিবা, চাওখৎপগী মঙাল য়ৌরকপদা ঙাইরিবা মনিপুরদদি অমুক্কা হেন্না অৱাবগী মশক্লি। জ্ঞান তানদবা, লীংজেল-মান্নদবা, লায়রবা, শুফম-নোমফম লৈরক্তবা, মীফা-মীপুল, মীওৎ-মীনৈ, মীশি-মীনা পেন্দবগী খোল্লাউতনা পীকথল্লে।

পুম্নমকসে তারু-উরুরগা : পুক্লিংদা অৱাবা, কপ্পীংবা, অপাম্বা, অশাওবা পেন্দবা ঈথীল কয়া কয়া ফাওরকই; অদুবু করিসু তৌবা পাঙ্গল থোকপা ঙমদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী 'সাহিত্য'বু পামজবগী পুক্লিংদা মমি অমখক্তং তারিবসি, মীয়ামদা খুদোল তমদুনা সমাজগী করিগুম্বা থৌদাং অমত্তং শরুক য়াবা ঙমজরবদি খন্দুনা লাইরিক অসি ফোঙজখিবনি।

বানান য়ারিমখৈ লান্দনবা হোৎনজখিবনি। অদুবু, খরা হাথু-হাথুখ্রে। ৱাহৈ ৱাতাদা লূদবা, ফজদবা অশোই-অঙাম য়াওখ্রবসু, নৌরিবা সাহিত্যকার অমগী অহানবা খৃথানি খন্দুনা ময়াম্না, অচুম-অরান চুমথোক্লবা তাকপীরকপদা নোল্লুক্কা লৌজগনি।

লোয়ননা, লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা পুক্লিং থৌগৎপীখিবা, তাচৌ দোনেশ্বর কোন্সমবু নোল্লুক্কা থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু ওইহন্নবা হোৎনবীরিবা সুচেটো প্রিন্টিং ৱার্ক্সকী ইচীন-ইনাওশিংবুসু থাগৎচরি।

মায়াগী তাইবঙসিদা : হিংননবগী লানফমদা মখল কয়াগী অৱাবা মায়োক্লরিবা পুন্সিদা 'লাইরিক অসিনা' ৱাখন্দা করিগুম্বা ময়াই অমা পোকহন্দুনা মীয়াম্বু ঙাইহাক মীকুপ অমত্তং ওইরবসু পোখাহনবা ঙম্লবদি পুথোকচমনগী মহৈ য়াঙ্গরে।।

অইবা

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

# খুরুমজরি ইমা

খুরুমজরি নখুয়াদা হে অখাঙকনবী
মীনুংশিচাউবী থৌজালহৈবী মালেম ইমা,
নঙগুম্বী লৈতে সৌর-জগৎতা।
উরে মায়থোঙ নীংথিরবী মপান্নাইদ্রবী,
নুমিৎ থা থবান লীশিংনা
কোয়না য়োম্না শক্তম য়েক্লিবী।
অশংবা পাম্বী হৈকোল লৈকোল,
পাক্লবা সমুদ্রা, পাৎ, তুরেল,
চীং কয়ানা নগুণ উৎলিবী।
খঙলুদে থিরুদে হৌরকফম পন্থুংফম,
অচৌ-পীশক লেঙলি পাল্লিবা
জীব পূম্নমক নচা ঙাক্তনি।
অহিং নুংথিল খৃতুগী মোল্লবা
থৌজালগী খৃৎশাশিংনা নাউয়োক নাউশুন্নি;
চাউরবা ঈপাক লাইজা নোংলীক্লা
ইল্লি খোল্লাং য়োক্লি তাইবঙপানবু।
হুন্নেন শিদবা নুংশাম্বর অমত্তদা
তম্বীরি হিংবা অচৎ-চৎতা পূম্বা;
তাইবঙ লীলা মায়া কুম্মৈ,
য়েংহনবীরে নহাক্লা অচুম অরান।
খঙলে পাড়া নহাক্লা তম্বীবা-
পোকঙমদ্রবা মপোক্লি তাঙলবা মীকুপসে,
শীংঙন্নোই লমন মপোক খৃদিংমক্তা।
তাপ্পবা মতমদা পুক্সিগী নুমিৎ
পোখাজগে নতম্বাক্তা নীংঙাইদনা মতমচুপ্পা॥

মে ২১, ১৯৯২

# খোল্লাং-অমৃত

অচৎ- চৎতা জীব মচা-মনাই য়োকপদা
তেংবানবা মপুগী শীঙ্থা লেপ্তুনা
নোংদোন্দা লৈনা লৈনা কোয়রিবী
মালেম, কোরৌ মৈশা লাংলক্লে।
লেঙলি-পাল্লিবা জীব-পূম্বা
ঈখৌলাংবনা হাকার লাউরে
লাইজা ঈপাক নোংথক্তা ঈহৌরক্লে,
ওল্লাং-ওনশাওননা খৌগংলবা হুকচাং
ঈংলবা শ্বরনা ফূইনা কামদুনা
নঙথরক্লে অমৃত-ইঙেনগী নোংজু।
তৃ-খোং তুরেল ঈমায় চোল্লে,
উপাল ৱাপাল হৈপাল লৈপাল
উরী ৱারী অশং-অমান ঙম্না
ঈখৌলাংবা কোক্তুনা তগৎ তগৎ তেকখৎলে।
চাউরবা লোইবী চীংশাং নাপোম,
শুক্লবা নারক-মোংশোং জঙ্গল,
পাক্লবা লবুক-লক্মাঙ শিঙ্থুংনা
খীক্লিবা লাইজা ঈরীক নোংলীক
মালেম ইমাগী খোল্লাং অমৃতনি।
তাইবঙপান্দা হেক লৈরিবা খিবীক
থক্তুনা হীংলিবনি লাইজা ঈশিং,
তোন্দুনা লৈরগনি লমন শিঙ্রিফাওবা।
মালেম তম্পাকথক্তা লৈরিবা লৈবাকমচাশা !
পান্নবা শিংবা পলেমগী লমন-
থাসি উপাল ৱাপাল অকোয়বদা,
শেনসি অমগী মহৎ অনীনা,

/খীকুপসিদা ঙাইহাক

শেমসি হৈকোল লৈকোল নীংথিবা ;
থমসি চীং-উমং য়োক্তুনা-
ফঙ্গনি থকপা লাইজা মতমচানা,
ওইগনি লাইজদো অশেংবা-অহাওবা,
ঙমগনি হিংবা থবায়না তুংকোইনা॥

*সেপ্তেম্বর ২০, ২০০৩*

# অমাবশ্যা

ওষ্ঠোক্লসু মমখ্রেদা অহিংসে !
নুংশিংনা হুমদোকখিগদবগুম শীংলি,
অতিয়াদা অখাক অরাওনা
মমীৎ ফাক্লা ঙংলি
ফম্ভবা থৌদোক থোক্লগদৌরে
অকিবা শক্তম উৎলিবরা ?
পাপ-হীংশা অরানবা তৌবশিংবু
চৈরাক পীগে হায়দুনা
মতম কৌবী লাইরেম্বীনা
পৃথিবীগী প্রলয় হৌরক্লবরা ?
মীচীক মীরাউখোল তাদ্রবা
থেঙলবা অমম্বা মরকসিদা
অশাবা নুংশা-মপী হোন্দুনা
তৃমিন্না ইনাক্তা চঙলক্লিবা
কনাগী শহুম ওইরিগবা !
নুংশিরবা মচা মথানুংদগী
নুংশিহৈতনা শেৎ-মুন্দুনা
চাক্লা চাক্লা কায়নহনব্রবা
থবায়শিংনা নীংঙমদনা তেংথাররিবরা ?
নুমিৎ থাগুম য়েংদুনা
অবা মৈচাক কোকচরম্বী
ফিজীদা চেৎনা কিজবা
মচা-মনি মাঙখ্রে থিররিবরা ?
ঈ মরীক অমদগী
তৎনা থানদনা লোয়নরক্লবী
তাইবঙদা ওইনজফম চাউথোকচফম

কায়নগ্রবী মমাবু কৌররিবরা ?
মতম'মদা লুনা-চান্না তিন্নরম্বা
কায়নখ্রবা মরূপকী থব্রায়না
ইনাক্তা লাক্কুনা ব্রাকৎলরিবরা-
ফমুং অমত্তদা হীপমিন্না
চাকলূক অমত্তদা চামিন্না
নোকমিন্নখিবা চৎমিন-কোয়মিন্নখিবা,
লোইনা কাউথোকখ্রে, নীংশিংবীদ্রে ;
নোংমতসু থম্মোয়শোক্লা তেংথারক্তে,
নাপী-মকা অমত্তা ওইরবসু
ঈশ্বরগী মফমদা কৎতুনা
নীংঙমদবা ফোঙদোক্লক্তে হায়না।
থম্মোয় পাল্লিঁঙে মাগীসু
আশা কয়া লৈরম্মী,
অমত্তসু পাঙথোক্লমদনা চৎলে
থম্মোয় কায়না তম্লরিবরা ?
স্বর্গগী লমদমসু লৈরমদ্রে
তাইবঙপানসু অমম্বনা কূপখ্রে,
অহাঙবদা পাইদুনা লৈরে
কপ্পা কপ্পা তেংথাররিব্রা ?
তূম্মু য়াদ্রবা ব্রাখলগী
পূক্লিংদা ফাওবা শহুম্লা,
কনা খঙহন উহন্দা
ফূইনা-হোনবা অহিংগী নুংশাশ্বররা ?
মায়কৈ উবা ফংদ্রবা
মপান্নাইদনা পাক-চাউরবা
সমুদ্রা ঈনিলখোন্না য়েররিবরা
তাইবঙ মালেম সংসারদা ?

হাঙলবা নোংদোন অতিয়াবু
অমন্বা ফিজংনা কুপ্পুনা
থোক্লক্লব্রা অহিংগী লাইরেম্বী
মালং শহুম ওইনা ?
খঙলে ! প্রকৃতিগী খুৎশেম্নি,
গ্রহ-উপগ্রহগী মহৌশা খোঙলৈনি,
নোংমংবা অমাবশ্যাগী অহিংনি ॥

ওক্টোবর ৯, ১৯৯৯

# লেপ্পসি লেপ্লো

নীংথিদরা সংসারসে, ফজদরা ?
শৈথাবতনা অদুম্মক ব্রাৎলগনি,
মগুণতনা অসুম্মক হেল্লগনি,
ফজবা পূম্নমক্কী হৌরকফম
নীংথিবা খুদিংমক্কী তূংনফম্নি।
নুংঙাইতরা তম্পাকসে ইমাগী,
নুংশিদরা ইমাগী মচাশিংসে-
লেঙলি পাল্লিবা জীবশিং
করিগী অমুক হোৎনরিবা
ঙম্নমক তুম্না মাঙহন্নবা ?
মাঙখ্রে অশেংবা অচুম্বা
লৈতরে থাজবা অচেৎপা ;
মীকপ-মীরাউখোল তেংথাখোন্না
থল্লে মালেম-স্বর্গ শীঙ্খুংনা ।
লেপ্লো ব্রাখলচাওবা জীবশিং,
শেল্লগনু শারগনু পাপশিং
মীকুপ অমগী পুন্সিসিদা
করিগী অমুক থৌরাংলিবা
নশানা নশাবু হাৎচনবা ?
তাহল্লগনু অমুক তেংথা-নাহেখোল
ঈংলবা মালেম পৃথিসিদা ।
ঐ নঙ মা
ঐখোয় নখোয় মখোয়
ধর্ম্ম জাৎ বিজাৎ
থল্লগনুসি অমুক খেন্নবা,
ঐখোয় পূম্নমক অমত্তনি
তাঙলবা ইমাগী লন্নি।

নীংশিংসি অহানবা অনীশুবা,
পৃথিবীগী অকিবা লাঙ্গাও,
করিসু কান্নবা পুরকখিদে ।
তাঙ্খোকখি পুন্সি কয়া
শিনীংদা শিনীংদা সংসারসিদগী,
কায়খি মহৌশাগী শক্তম,
থুগায়খি মীওইবগী খুৎশেম-
তাঙলবা যুগ যুগ কয়াগী,
পুরকখি অকিবা মাঙতাকপা ।
তারি ঙসিসু নীংশিংলুবদা
খোঙ্থাং য়েনা ইপোম নাইনা
মীকপ-মীরাউ তেংথা নাহেখোল;
নিল্লি মতমগী অতিয়াদা।
শীংলনু খুদুম অশাওবগী
পোক্লগনু লমন খুম্নীংবা,
মচি মচি কাচীন-কোয়া
মফম খুদিং, খৎন-চৈনবা
হাৎন-শুনবা মশেল
লেপ্লসি লেপ্লো তোক্লসি।
শোনসি মিংখৈ মপুগী
শেংদোকসি পৃক্লিং থাজবনা
থলহনসি থম্মোয় বিশ্ব-প্রেম্মা।
কল্লকপা মিহৌবা য়েংথীনবা
মীবা চীরোল মীনোক্তম
উৎলগুমসি অপঙবগী মতৌ,
পাঙলসি পুন্সি থৌদাং
শিংলসি ইমাগী লমন।
চহী-চা কয়া চুপ্পা

য়াম্না তপ্ন-তপ্না ৰানা
ইপা-ইপু লাইওইশ্রবশিংনা শেমগৎপীরম্বা
ঙসি ঐখোয়গী পৃথিবীসিদা
পানশিনগুমসি য়েংথিনবগী মৈনা,
চৃগনুসি লানগী মৈরী ;
উররোই মীওইবা জাতী
লেঙলি পাল্লিবা জীবশিং
ওনশ্রবদা পৃথিবী তাঙ্গোই ।।

অক্টোবর ১১, ২০০০

# মালেম

কল্লি কল্লি মতমগী ঈচেল !
য়েলহৌঙেগী মহৌশাগী ফজবা শক্তম
অচুম্বা থাজবা লাইনীং লাইশোল
মীওইবগী ধর্ম্মা মীনুংশি থৌজাল
লোইনমক চেন্থ্রে অমম্বা ঈরোম্নুংদা।
সৌর-জগত্তা অমত্তা ঙাইববী
ঐখোয়গী মালেম, ওইরে ঙসিদি
চায়াম পোকপা চাকথুং ফিথুংদবা
চুংশিন্নবা য়াদবা জ্ঞান তানদবা
অমসু অমসু ঐগী ঐগী
মচেৎ মচেৎ তারবা লৈপাক ।
ওইরে ঙসিদি, ঐখোয়গী মালেম ঃ
লোনচৎ ফজদবা ইমুং মনুং,
শৈশক থীবা লৈরক খুল্লক,
নিয়ম নীতি চৎনা পথাপ
চনৈ-খনৈশল্লবা কাং-খোং চাইরবা
মওং-মরীন নাইদ্রবা লৈপাক ।
ওইরে ঙসিদি, ঐখোয়গী মালেম ঃ
মীহাৎ-মীপুন হুরান-চীষ্থী
থৌদোক বাথোক মীকপ মীরাউখোল
শাপ শিরাপ্না থল্লবা লৈপাক।
ওইরে ঙসিদি, ঐখোয়গী মালেম ঃ
মংফম্না খূরক হাঙদবা লৈবাক,
ঈখেঙনা লৌখোং চেনবা লৈবাক,
থবায়-হকচাং-পোল্লাং কায়নবগী
'ইমা-ইমা' তেংথাবা লৈবাক ॥

নবেম্বর ২৮,২০০৩

# প্রলয়গী নোং

লেপ্পা লৈতে মহৌশাগী খোঙচৎ,
হৌনা হৌনা লাকই-চৎখি
নুমিৎ থা খুতু কয়্যানা।
মতমগী অকিবা মাঙ-তাকহনবা
গ্রহ উপগ্রহশিংগী খোঙচৎ কায়রকপা
য়াওদবা নত্তে থোকখিদবা নত্তে।
লাউবা-নিল-খোংবগী খোঙ্জেলতনা
থক থক নীক্লে মালেম,
অকিবা ফংনা চাওখৎলে বিজ্ঞান।
খঙহৌদনা নোংলৈ-নুংশিংনা হুন্নকপদা
হৈরাং লৈরাংনা খাঙঙুথক্তা কেনবদা
মালীনা থম্মোয় শোক্লা তেংথারি।
পৃমবুম য়োল্লিবা অশংবা লৈকাদগী
তনৌ তনৌ লীৎখৎলকপদা ঙাইরিঙৈ
পোম্লা কেলহনগ্রবী থবায়গী তেংথাখোল
করিসু নাচুংবা লৈতে বিজ্ঞান্না।
পুন্সি বসন্তা অয়ূক অঙনবদা
হাইনা হুম্না কেনা শাৎচরম্বী,
চিন্নদনা কেলহনগ্রবী থবায়গী তেংথাখোল
করিসু নাচুংবা লৈতে বিজ্ঞান্না।
হিংন-হিংনা ইজ্জৎ খোঙ্গোইনবীরবা,
মীওইবগী নীং-খা তম্বা হক্কীদমক
পোম্বা ওইগ্রবা থবায়গী তেংথাখোল
করিসু নাচুংবা লৈতে বিজ্ঞান্না।
অচৌবনা মচাবু অকনবনা অশোনববু,
ঈ মশেল তমথীনা, হাৎতোক্লা

শিঙম-নাঙমদনা শিগ্নবশিংগী তেংথাখোল,
করিসু নাচুংবা লৈতে বিজ্ঞান্না।
উশিল্লক্তরে অচুম্বা তাশিল্লক্তরে মীনুংশি;
চীং-উমং খুঙ্গং সহর
পাপ হীংশা তেংথাখোন্না নিল্লে-
করিসু নাচুংবা লৈতে বিজ্ঞান্না।
কুপশিল্লক্লে মায়কৈ-মরি অমম্বনা
ফাক্লক্লে মমীং কুপ্লক্লে নোংথাঙ
চুথরক্লগনি শোয়দনা প্রলয়গী নোং ॥

ফেব্রুয়ারী ২, ২০০৪

# কলিযুগ

নীংথিবী কোলোইনি কলিযুগপু মিঙ্গৌনে
লানগী মবেম্মনি ঈঙাঙ থকপীনি
শাইওন য়াম্বীনি লাম্তবু ঔরাইবীনি ;
লাইনীং ধর্ম্মা কনবীনি হীংশাগী
মীনম-শুরী মন্ত্র থাগোম্নবীনি ;
শীজুংবা ৱাখলনি শান্তি লৈতবা
লৈনম চাউবীনি অমগ-অমগা নুংশিনদবা ;
বম তোপকী মিনোক তম্বীনি,
ৱাশক চেংপীনি লমন খুম্বদা
মায়থীবা পীঙমদবীনি হন্দক পোকপনা;
লোংথ্রবনি অচুম্বা খঙবনা ইগুণবু
মুক্তিনি ঐগী প্রলয়গী মতমতনা ॥

এপ্রিল ৮, ২০০৪

## চীংলৈবাক

থেক্লা খোয়না
শাংনা লাপ্লা
য়ৌরক্লে ওসিদি,
বাংল বাংলবা
নীংথিরবা চীংলোন্তনা
স্বর্গগা শন্নরবা
নুংশিরবা চীংলৈবাকসিদা।
মী তাদবা লমদমদা,
অথেঙবা অহিংদা থোকপা-
অচীকপগী লোৎফম লৈফম,
নুংশিংকী হৌরকফম ওইরমাল্লে
মফমসিদি করিমত্তা লৈতবোই
পূক্লিং-বাখল্লা খল্লুবা,
শুক্লবা লোকচপ চীংনুংদগী
চেক্লা অমনা তামনা
ঐখোয় লৈরি খুন্নকলে।
মনাক্তা হিপ্লিবা মমাবু
মচানা নোমদুনা নীংঙাই তৌবগুম,
হারিনা অচীকপদা খোংলি।
মিংনাইদবী নীংথিরবী শীংঙেন লৈরাংশিংনা
নারক্তা উরীদা উপান্দা শাংলি,
লৈখল অমত্তগী লৈনা
চীংমায়-থল্লা শাংপসু য়াওরি।
অশংবা অমুনবা খোম্মীৎ কারবা
উহৈ বাহৈ কয়া পাল্লি।
প্রকৃতিগী নাউগুম মখাদা

মহৌশাগী আশ্রমদা চাউরকপনা,
নাপল য়াওদনা শাংলি
অরেম্বদা নীংঙাইদনা কেল্লি।
হৈনম লৈনম চূরবা মালংনা
ঈংনা লিরি লিরি হুম্লকপা,
চীংনুংগী লাইরেম্বীনা ঐবু
তপ্না তপ্না নানবীরক্নে
তপথরক্নে শীংলীগী ঈচেল,
ঈংথরক্নে পূক্নিং ব্রাখল
অচীকপগী য়ুখলনা খঞ্জিনম্রে।
মফমসিদা করিমত্তা তাখিদরে-
মীওইবগী শিরাপ, তর্ক
বিজ্ঞানগী চাউথোকপা খোঞ্জেল।
ওসি ঐগী পূক্নিংনা
প্রকৃতিগী অথূপ্পা ফজবগা
তিন্নজরে পূন্না অচীকপদা।
হূম্রে থম্মোয়সে পুম্রে তাম্না
মফম মফম খুদিংদা লাপ্না উরিবা ;
য়েকশ্রে থম্মোয়নুংদা ব্রাখল তুরিনা
নীংশিং-ফূড়া কাউদনবা হিংলিমখৈ।
ব্রাখলগী ঈশৈনা নীংশিং ইপোম্লক্তা
খোম্থাং য়ৈরি নাশোন পীক্লা ;
শৈথাবতনা ব্রাংলগনি মগুণতনা হেল্লগনি
মহৌশা ইমাগী শক্তমনি।
তম্পাক্তা সহরদা খুঙ্গংদা
মীকুপ্তা মাঙখ্রগদবা মায়াগী
লমজেল তান্নরিবা ইচীন-ইনাওশিং
নখোয়সু মফমসিদা লাক্লুনা

অমুক্তং য়েংহৌরো লাউ-
পূক্লিং বাখল অচীকপা
পূম্না তিম্নফম মফম;
ফাওগনি নুংদা শামিন
অশেংবা অচুম্বা ঈশ্বরগী,
পোকনি থস্মোয়দা বিশ্ব-প্রেম॥

এপ্রিল ২৪, ২০০০

# মীকুপসিদা ঙাইহাক

শংবান্নরবা হাঙলা নোংদোন অতিয়াদা,
'শক্তি লৈরবা মঙাল নাইরবা'
নোংপোক চীংখৈদগী মীৎয়েং শাংখৈরক্রে;
পোম্বী-চেক্লানা য়াকায়রোন ঈশৈ শক্লক্রে,
উপান-ৱাপান্না লাইশোল শোল্লক্রে।
লোইবী চীংলোন চীংশাং পরেংনা
তৃমিন-চীক্লা ধ্যান তৌরি।
হৈরাং লৈরাং ফিরুক হাংদোক্লক্রে
নামিবনা হৈনম-লৈনম য়েল্লক্রে।
কোরৌনা উতোন-ৱাতোন য়ূমথক লাল্লকপা
মালংনা ঙাইহাক তৃমিন্না পোত্থারি।
লোক্লুংগী নুংশিরবা লাইজা ঈরাউখোন্না
লোন্না অচীকপদা ঈশৈ ঙংলি।
নীংথিরবী নুমিদাংৱাইরমগী চেঙলৌ শক্তম
কোরী চেনবকান চীংয়া তময়ানা
হানৌনা নেম-নেম জগোয় শারি।
সন্ধ্যারাতিগী নুংশিরবা কাংশী খোঞ্জেল্লক্তা
উচেক-ৱায়াশিংনা নুংশিনা লাইশোল-ঈশৈ শক্লি।
খঙহৌদা লিরি শীৎলকপা নুংশিংনা
য়েল্লরি হৈরাং লৈরাংগী নুংশিবা মনম
থৱান লীশিংনা নোংদোন অতিয়াদা
হীরা মনি মুক্তা হৈদোকপগুম লংলবা
নীংথিরবা মীৎস্নাশিং পাঙথোক্লক্রে তনিক তনিক
য়েংগদবগী মালেম সংসার কুম্মৈ।
চীক্লবা অহিংগী নীংথিরবী থাজনা
শান্নররি লৈকাই য়ূমথোঙ খুদিং।

থেঙল-থেঙলা ইচীক হাল্লকপকান
কনাগী অথাগ্নদগী নীংবা কায়না শল্লকপা
ইপোম নাইরবা ঈশেগী তাল্লবা খোল্লেল
কয়াদা পূক্লিং হূবগী মশক্লো !
শীংলক্লে খাগী নুংশিং মনীংতম্না,
ঈথক হৌরে ইপোম কারে
পৃথ্বী পাৎ তুরেল সমুদ্রা।
তাম্না কৌবী চেক্লাসু খোংলক্লে
কায়নথ্রবা মপাঙ কনাবু কৌদুনা।
কপখৎলক্লে য়ূমশা লমশানচিংবা জীবশিং,
জগৎ শেম্বা মপুবু কৌদুনা।
তৃম্মু য়াদ্রবা সংসারসে শুম্বা হৌরক্লে
নিদ্রা দেবীগী অচীকপা নাউশুম্না।
য়েংঙমদ্রমাল্লে কুম্মৈ চঙখ্রে থাজসু
নোংচুপ চীংদোম্দা লৈচীল-ফিরুক খুমদুনা।
অমম্বগী য়ুখলনা কুপখ্রে সংসার
পূমচীক চীকখ্রে উন-খাইমুক।
হৈনম লৈনম হূগদবগী লৈহৌরিবা
লিরি শীংপা নামিবা মলয়াদা ঙাইহৌরে।
থোকলক্লমাল্লে বিশ্ব-জগৎকী মপু-
শীম্থরক্লে মীংলু পিরাং থা-থবানমিচাক্লা ;
কেল্লকলে লৈখোক্তগী হৈরাং লৈরাং-
কংলরে মশানা মশাবু মপুগী খূয়াখাদা।
নুংশিরবা ইমাগী নুংঙাইরবা তম্পাকসিদা
শান্নজনীংই ঐদি হরাউ-তয়াম নীংতম্না
অসুম্না অসুম মীকুপসিদা ঙাইহাক।।

অক্টোবর ৩০, ১৯৯৪

## কনবিয়ু

অমম অঙাল খায়রিবা
তাইবঙ খুৰ্জ্জি পায়রিবা
মপান্নাইদবা মপু ইবুংঙো !
কনবিয়ু তোল্লবা ননাইশিংবু ।
তাবীনবা কনাসু লৈত্রবা
পুন্সি কয়াগী ৱাকৎনা
থল্লে নঙগী তাইবঙসে,
কনবিয়ু তোল্লবা ননাইশিংবু।
তাইবঙ ঈপাক লানঙমদা
ৱাখল লম্বী লম্মুক্লদুনা
ঈরোন্নুংদা চোংথদুনা ঈরাক্লরিবা
থৱায় থাদোক্লিবশিংবু কনবিয়ু।
ঈরোইদুনা ঈপাক লাল্লিবশিংবু
করিগুম্বদা চোকথগদবদগী কনবিয়ু ;
হিহোন্দুনা ঈপাক লাল্লিবশিংবু
নোংলৈ নুংশিৎনা হিরাক্লহনগদবদগী কনবিয়ু।
শেংনা খাইনবগী মৈচাক্লা
চোকথরবা থৱায় হকচাংশিংবু
অনৌবা আশাগী ঈরীক্লা
য়েন্নীং হুলহন্দুনা কনবিয়ু।
অপাম্বগী অৱাবা লাংদগী
কল্লক মিহৌবগী মৈরীদগী
অশাওবা তমথীরবা য়েক্লবদগী
কনবিয়ু তোল্লবা ননাইশিংবু।
মায়া মপোক্লরবা পুন্সিসে
লম্ফাংলবা তাইবঙপান অসিদা
অমুক লম্বী লম্মুক্লহন্দুনা
অৱাবা তাগদৌরবদগী কনবিয়ু ॥

ফেব্রুৱারী ১১, ২০০৪

## লৈ পরেং

চীংলোন মাপন্না পনশারিবী
অশংবা চরৈনা লৈতেংলিবী
তুরেন্না খ্বাঙচেৎ লাক্লিবী
লম্লেন লম্মুংশি কংলৈপাক ।
অঈং অশা কায়দনা
নুংশিৎ নুংশা মান্ননা
খৃতু মরিনা থৌগন্দুনা
অৱাংথংবা পৃথি-তম্খায়গী
ভারতকীদি নোংপোক চিদায়দা
ঈংনা তোমথীল ঙাল্লিবী ।
লোইদাম শজীবু-থানা লাকপা
হাঙলবা লবুক লম্খাঙদা
লৌহোননা শংবান্ননা নীংথিজরকপকান,
কুম অমগী চৈরাওবগী
হৈকৎ লৈকৎ লৈরাংনবা
কোম্বীরৈ কুশুম্লেনা শাৎলিদো ।
লোইদাম কালেম্থানা লাকপা,
লবুক ষনপোৎ খোইদুনা
লৌরী লৌফম শেমদুনা
খারী লৌবু উনৈ।
ইঙা-ইঙেনগী নোংজুনা
পখ খুইথরুরবা ফৌবানশিংবু
নৌনা হিংহন শংহল্লি।
লোইদাম থৌবাম্থানা লাকপা
অশংবা ফৌ পাম্বীনা
মপুং-মরৈ ফাদুনা

মহৈ মরোং চুম্নকপা ;
লোইদাম লাংবন-থাগী মৈশানা
ফৌমীৎ ফৌখোম চেঙজংহনবদা
ওন্নাং ওনশাওনা খৌরাংলবা
শাংলবা অহিং খাঙববু,
তন্না লাকই মেরাথা,
ঈংলবা শ্বরনা কামদুনা
খৌরাংলবশিংবু ঈংহন তেকখৎহল্লি।
হিয়াঙ্গৈ পোইনুনা লাকপদা
পাক্লবা লবুক শীম্ভুংনা
চরোং চরোং চুম্নবা
ফৌনা নাপু শঙলকপকান
লৌরোক ফৌরোক তমদুনা
ইমুং মাঙ্গোল খুদিং
কোং ফৌগে খিন্দুনা
অবা হ্মাং হন্দোক্লহল্লি।
লোইদাম বাকচীং-থানা লাকপদা
লৈচীলনা মীৎ-মায় খুম্না
নিংথম উল্লীক্লা লাকশিল্লকপা
চরু ষষ্ঠী মৈতিক্লা খাঙথৈ
য়াঙনা লাকই ফাইরেন-থা
নিংথম লৈচীল ঙম্না
হু-হু লাউনা হুমদোক্লুনা
লাকই তন্না লমতা-থা ;
নিংথম উল্লেন নংদুনা
পথ খুইথরুরবা পাম্বীশিং
অনৌবা য়েন্নীং হুলহল্লি।
ঙসি বারী খোঙ্গুল লীরুবা

হাংদোক্লকই ইতিহাসকী লামায়,
নীংশিংলকই ইপু মায়চৌ-তরেং
ধর্ম্মা কন্না লাম্ভেংনরম্বা
মতম লোইরে মাঙখিবা
পাম্মুইদা কল্লকইদা মী-লাইওইবশিং !
তারি খুনুং ঈশৈ,
শক্তি খোংজোম পর্ব্বা
তাক্তি ৰারী শীংবুন;
নুংশিরবা পেনা লিরোন্না
লীরি কংলৈরোনগী ৰারী ।
মিনোক মৈশা খাঙ
মীৰা মৈশা লাং
অৱা মায়োক-য়া
চহী-চা কয়া লেপ্লক্লবী
থৌজালহৈবী মীনুংশি চাউবী অখাঙকনবী
নতম্বাক্তা শান্নদুনা চাউজরকপা
খোল্লাং লমন শীংঙল্লোই।
খোল্লে খোম্লোক শুদনা
শৈরেং শৈওং কায়না
ছন্দ-তাল লয় চানদনা
হৈত হৈতনা লেংজবা
নচাগী ৰাখল লৈ-পরেংসে
হুকচরি ইমাগী ঙকশমদা
মতমচুপ্পা থম্বীয়ুকো খুইহন্দনা ॥

অক্টোবর ৪, ১৯৯৯

# মসিনা ঐগী ৱাখল-তাজমহলনি

নওদি অয়ূবী লীক্লানি,
অহানবা কোরৌগী মশেক্লি,
হীরা মনি-মুক্তাগী লূহপনি;
চীংলেন্নদা হীমালয় চীংজাওনি,
ঈং-তন্নদা নামিবা মলয়ানি,
পূক্লিং হূবদা সমুদ্রনি;
ঋতুদা, বসন্তা ঋতুনি,
থৱাল্লক্তা শজীক থবানি,
শুম্নৎপা, নুংশিবা পেন্নফম্নি;
পৃথিবীগী নুমিৎ থানি,
কবিগী কল্পনাগী পোক্লফম্নি,
ফজবা নীংথীবা অনীগী লংদাইহনি;
শরদ ঋতুগী পুর্নিমা থাজনি,
মেরা-থা অহিংগী থানিন্নি,
নীংথিরবা দ্বিপাবলীগী অহিংনি;
নুমিদাংৱাইরমগী ওঙ্গান্নবা দৃশ্যনি।
পোক্লফম লমনুংশি কংলৈপাক্কী
মসিনা ঐগী ৱাখল-তাজমহলনি ॥

ওক্টোবর ৪, ১৯৯১

## নুমিদাংৱাইরম

তাম্না উরিবা নোংচুপ চীংদোল্দা
শন্দোক্লক্লে নুমিদাংৱাইরমগী ঙাঙ্ক্লান্নবা মশেক-মঙাল।
চীংয়া তময়া উপাল ৱাপাল
সনা অহিংবা মচুনা লময়ৌনা লৈতেংলক্লে।
লাগ্না চাক্তারুবা পোম্বী-চেক্লাশিং
মহুম মায়কৈ তম্না পাইনরক্লে।
কোয়না শজীক চারুবা ষনশিং
মরী মরী ষনগোন পাংনরক্লে।
চীংয়া তময়াদা উচেক-ৱায়ানা
লাইশোল ঈশৈ শক্লক্লে নুংশিনা।
মালংগী লোইরোই সুর তাম্বাদা
অশংবা-লবুক্লা জগোয় শাথেক থেক্লক্লে,
লাইজা ঈপাক্লা ঈথক্কী জগোয় শারক্লে।
অয়ূক-নুংথিল ফৃগায়না শাংলম্বী লৈরাংশিং
মহৈ-মহৈ লৈনারক্তা মায়থোঙ লোংশিন্নগ্রে।
পূক্লিংনা ৱাখলবু পুদুনা চংগ্রে,
উন-উনা মমশিল্লক্লে অঙানবা,
পূক্লিংদি অসুম লেঙদা লৈরে
ৱাখলদি মফম খঙদা লৈহৌরে।
কঙাওনরবা পূক্লিংনা থিবা হৌরক্লে-
মন্নি-মন্নিবা নোংদোন অতিয়াদা,
মশেন-মরাং কুপ্লিবা লৈচিল্লক্তা।
মালংনা পাউজেলগ্রে মফম খুদিং
উপাল ৱাপাল নারক মোংশোং।
ৱাংল-ৱাংলবা দলান কয়াগী
মচু মচুগী মীৎশিং পাঙথোক্লক্লে,

লোইবী চীংশাংনা লম্মৈ থানগৎলক্লে।
অমম্বা কীজংনা সংসারবু কূপশিন্দুনা
চীক্লা থোকলক্লে অহিংগী লাইরেম্বী,
উনরে পূক্লিং বাথল পূম্না।
নীংথিরবী নুমিদাংবাইরমগুম পূক্লিং নুংওম্না
তাখিনি নোংমদি পুন্সিগী নুমিৎসু ॥

নবেম্বর ২১, ১৯৯৮

# মীতৈ লৈকোল

লৈতরে অহাংবা, থল্লে খোঙ্গেলতনা
লাইওইরবা কবিশিংগী, সাহিত্যগী লৈকোলসে।
নীংথিখ্রেদা লৈকোলসে! য়েংখিবা মীৎফম হোংবা য়াদেদা !
লৈরোং চূম্না তিল্লাং তিলয়োংনা
পূক্লিং হূনা লৈশাং তম্মিদা!
লিরি শীৎপা মালংনা হুম্বদা
লবুক লম্চাও চীংয়া তময়া
নুংশিবা লৈনম্না পোইরে শীম্লুংগ্রে।
পুর্নিমাগী থাবন্না শোকউবা পূম্নমক লুপা ওনবগুম,
লুপাগী লৈকোন্দা সনাগী লৈরাং
লৈশাং তমহল্লিবা হৈগ্রেদা মালী!
কুবেরগী লৈকোন্দা লাইরৈবাক্তা শাৎপা
সনাগী লৈহাও হেক্লুবমক ঙমদ্রবসু;
সমুদ্রা ঈরোন্নুংদা হীরা মণি-মুক্তানা
ঙান্দুনা লৈরিবা পতালগী লৈকোন্দগী
মীনা উনখিদ্রিবা নীংথিবী লৈরাং লৌরুবা ঙমদ্রবসু;
মৈত্রবাক্তা হৌবা পূক্লিংদা শাৎপা
লৈ-চার অমত্তং লৈকোলসিদা থাদুনা
লৈখোঙ শোম্বা মালী ওইজরবদি কয়াদা লাইবকফগবা!
লৈকোলসিদা নীংঙাইদনা তূমখুন তাল্লিবশিং
নখোয়না তাক্লি লৈকোলসে কুইরে,
অদুবু য়েংবদা তগৎ তগৎ তেক্লা উরি।
পৃথিবীসিদা, থবানমিচাক্কুম মশীং লাকঙমদ্রবা
মীওই কয়া অমম্বদা য়াহীপগ্রে,
অদুবু মংফমশিংসিদদি হক্লুনা ইরি
সনাগী মুক্লা ময়েক লানা

নখোয়গী নমিং, য়াইকৈদকো মালীশিং !
পাইরকখিনি নোংমদি মৈত্রবাক্কী লৈকোন্দা,
চীংলোন ঋাংমদগী সমুদ্রা ঋাংমদগী
লমগী চেক্লা, তাম্না কোকিলগী
খোম্মাং হাপ্না নুংশিবা ঈশৈগী সুর তারখিনি ;
লৈকোন্না চাউখৎলক্নুনা মীয়ামগী পাউথাং য়ৈরক্লবদা।
পলেম ইমা হে মপান্নাইদবী
ননাক্তা লাকসি লাকপা গুমদ্রেদো
নতম্বাক্তা শান্নসি শান্নবা ফংদ্রেদো ;
ঋাখন্না লম্ফেরক্লবদা তিংথোকপীরকউকো খুৎ
চীংশিখীদুনা নতম্বাক্তা শুপ্নীযুকো ঐবুসু॥

আগষ্ট ২৪, ১৯৯৩

# নুপীগী ফিদম

য়েংউ, থাবল-ফরবা অহিংসে-
কয়াদা তাংথক নাইদনা নীংথিজশ্রবা!
য়েংউবা, শোকউ-শোকউবদা থাবন্না,
শৌদোক্তুনা ওনখ্রে-লুপামহী।
অহিংগী লাইরেম্বীনা মঙ মঙলক্লে,
অমম্বা হুকচাংদগী থোক্লক্লে পৃক্লিং,
খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংদুনা,
তনৌ-তনৌ ঙৌরবী খৃৎশানা
উপাল ৱাপাল হাইদোক্তুনা য়েংলক্লে-
উচেক-ৱায়া মহুমদা য়াতারি;
তীল-কাং, তৃমিন্না লোৎলি।
হৈকোল লৈকোন্দা চঙদুনা য়েংলক্লে-
হৈনম লৈনম মলয়ানা হূররি;
উহৈ ৱাহৈ মুল্লদুনা কেল্লক্লি।
পৃত্রী পাৎতা লাক্তুনা য়েংলক্লে-
লেপ্লে-ঙানা ঈরোইদুনা শান্নরি;
অঙাওবা খোইমুনা লৈহী হূখিনি
ফিরুক খুপ্লি থরো-থম্বান্না।
লৈমায়দা মূনা মূনা য়েংলক্লে-
ককচেং, কাজপ্পী, ৱাহী-তীন্না
লম্বী লম্মুক্লদুনা কোয়ঙাওনদুনা লৈরি।
যূমথোঙ খুদিং চঙদুনা য়েংলক্লে-
ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বা কনানা
লৈকাই কোয়না হূবা চৎলি;
মরল-মথুম হূখিনি কিদুনা
ইনাকখুনবা কনানা মীৎশেল খাঙলি;

লায়রবা কনাগী ইমুংদা অনাবনা
অয়ো-নাহে চন্দুনা লৈরি;
শূনা-শূনা নোম্ন নোম্না
শিম্মী কনানা নামৎ মাণ্ডদুনা
চারা শীৎনা নোংঙানবা ঙাইরি।
য়েংলক্লে-লৈরাই-খোঙবান্দা চণ্ডদুনা,
পাৎ তুরেল সমুদ্রদা চত্তুনা-
হণ্ডোই-বোরোবীনা নোং কৌথরি;
লাইজা ঈমায়না ঈশৌ লাংলি।
লবুক-লক্মাঙদা চণ্ডদুনা য়েংলক্লে-
কৌজেং হারৌনা ঈশৈ ঙংলি,
মহে-মরোং শবীনা চীকথৎলি।
অণ্ডৌবা চরৈনা মালেম কুপ্তুনা
অৱাঙবা চীংদোন্দগী মীৎয়েং শাংখৈ়খ্রে।
থাবলগুম্না ঈংলবী লৈপাকলৈগুম্না অখাঙকনবী
তাইবঙগীদমক কুম্বী-কালেন নাচুংদবী
নঙবু জগৎনা কৌনরি 'ইমা'।
ঈরীক'মনা থাবুম তরা নাউপু
তাইবঙ মিতমদুনা লৈশাৎ তম্লফাও,
পুন্সিগী অরোইবা পুংজাফাওবা ৱাজরিবীনি।
ইমাদি য়ুমনি অশেংবা ওঝানি,
মীৎনা শংশং উবা লাইনি,
মালেম লৈমগী শক্লোন পুরিবীনি।
নুপী ওইবী খুদিংমক ইমানি,
নুপীগী থৌদাং য়াম্না চাউখ্রে-
ইমুংগী সমাজগী তুংগী মীরোনগী।
মতমগী মমল পুন্সিগী অর্থ,
হৌন লীচৎ-শাজৎ খণ্ডলসি,

ঐখোয় মীনি চাওখৎলবা যুগসিগী।
তৈশিনগুমসি কালী ইতিহাস লামায়দা,
ইকাইখুম্নসি নুপীগী ইজ্জৎ
থমসি বাংনা নুপীগী খিদম॥

সেপ্তেম্বর ২৬, ২০০৩

# কংলা

সহর কয়া পাৎ তুরেল ওনগ্রে,
ঈপাক কয়া বাংলবা চীংজাও ওনগ্রে,
শুক্লবা জঙ্গল, নারক মোংশোং ওইরম্বা
ঙসিদি নাল্লবা লম্বী-লমজাও ওনগ্রে,
লন্না তারম্বা ইগী যুম মচা-মচা
বাংলবা ফূড়া-দলান্না কূক-কূক ইন্নরে-
অঙকপনি, কয়াদা কনখ্রবা মতমগী ঈচেল !
চীংদোনসিদগী য়েংবদা উরিবা ইম্ফাল সহরসে,
ওস্থোক্লসু পুক্লিং হূনা নীংথিগ্রে ফজখ্রেদা !
ঈংলবা অহিংগী অচীকপা যুখল মখাদা
মৈঙাল লীশিংনা পুমলং-লংনা ঙাল্লিবা,
লঙ্কাগী কোনুং হায়বদুবু অসুক নীংথিরমগদ্রনে ?
অদুবু লৈত্রে অশেংবা, অচুম্বা, থাজবা
লৈখিবদা 'কংলা'না তূমিন লোন্ন-থুপ্লা।
তেংবানবা মপু শিদবনা তাইবঙ লৈশেমঙৈদা
লৈবাকসিগী লৈশা পূম্বা ঈশিংনা থূন্নিঙৈ
ইহান-হান্না লাইনা থাব তম্পাক্লি।
কংলাবু কৌনা মিংথোল কোনুংবু শাদুনা
লৈবাক মরা তপ্লা নুংঙাই মরাঙ কাইনা
লাইনিংথৌ পাখঙবনা চহী কয়া পানখি।
অদুবু হৌজিক্তি অরোনবা মফম ওইরে
য়েক্ল লাঙ্গোয় চনখিবনা মীপুম-তীংনা খঙনদ্রে
লৈবাক কাং-খোং চাইরে, মীকপখোল তারে।
ঈরু-মায়তাদুনা তীম্বুং-লাইথুঙ কোক্লরম্বা
শেংলবা মঙাং, লুৱাং, খুমন পুন্ত্রী
ফত্ত-হাত্তদি অমোং-অকায়না থল্লে;

তৌ-য়েন্দৌ নাপী-লীংনাঙনা যুল্লে।
মতম খোঙবাই চাওশিনখ্রে, মীকপ থোক্লসি
মান্নবা লীংজেন্না মীয়াম পুন্না হণ্ডুনা
তীলখোঙ-লাইখোঙ থীরবদি, ফজনি চাউখোকচবা,
লৈবাক মিংচৎ চাউদুনা ওক থাঙ্গৎচরনি।
থিয়ু লৈবাক মচাশা থিয়ু, মফমসিদগী হৌখিবনি
লৈবাকসিগী য়েক-শলাই শাগে অরেৎ,
মফমসিদা লৈরিবনি কংলৈলোন, লৈশেল্লোন পুবারী,
ইপানাৎ-ইপুনাৎ লাইনীং খুদা লখী
মালেমদা অনীশুদবা তাঙলবা অশেংবা মফম্নি॥

সেপ্তেম্বর ২১, ২০০০

## লাক্লো বসন্তা

য়েংঙু-য়েংঙুবা মায়কৈ খুদিং
নীংথিরে ফজরে ইরৎ-লংলে সংসার।
অনকপা অরাম্না চপ মান্নরে,
মীকুপ্তা য়ৌনীংবা মফম য়ৌঙন্নে।
ঈশিং, কংফাল, শুদ্রং গ্রহ-উপগ্রহ
মীওইবনা জয় তৌবা ঙমলে।
অদুবু লোৎলি মফম খুদিং
লোন্না ফোংনা অমম্বদা অঙাম্বদা
লৃদবা ফজদবা থৌদোক বাথোকশিং
অকিবা অবাবা পুন্সি কয়া।
চীনবান্দা খোইহী পূক্লুংদা হূ
মনীংতমজে মিনা, মিরাংদা থুররবদা তীলনা।
কোঙ্গ্রেং মনুংদা মুক্তা য়াওরম্বা
অদুবু অমুক অঙকপনি হায়সিরা?
লেপ ফংদ্রবা সমুদ্রা ঈরোন্নুংদা
নূংগী চীংদুম লৈ হায়জিন্নসিরা?
নিংথম খৃতুগী শাংলবা অহিংদা
ঈংলবা নুংশিৎনা লেপ্তুনা হন্নকপদা,
ইমুং-মনুং ফমুং কাংথোন মোম্পাক মথক,
কাংখল-মনুং কাম্বু-কম্পোর শুপ্তুনা য়াতাবদা
লৈপাক্কী-চেক্কী ফক্লাং কাওনা চঙলক্লবদা,
ফৈজুপ মনুংদা কোকখুম্না লোৎনরি।
শেৎনীংঙাই-চানীংঙাই ময়ূম-মকৈ লৈজদবা
লম্বী-শরক লবুক-লম্লাঙদা য়ারেক্লিবা মখোয়দি
ঈংলবা অহিং করম্না খাঙলমগবা!
কদাইদনো মীওইবা চাওখৎলে লাউরিবা?

নঙগী বিজ্ঞানগী হৈরবা খুৎশানা
তাঙহল্লে মীৎ পঙহল্লে না
অচৌ-পীশক অনেম-অৱাং খেন্নবতনা থল্লে।
নত্তে, নহান-মপোক পাপ-কর্ম্ম ফল,
মখোয়শিংসে চাওখৎপা সমাজনা ইন্থোকপীরবা
মীওইবগী হক মাঙখ্রবা লাইবকথীরবশিংনি।
লাক্লো 'বসন্তা' ঋতুগী নিংথৌ,
লায়রবা অৱাবশিংগী পুন্সি নাকেন্থা
হুলহল্লো ঙম্মা অনৌবা য়েন্নীং॥

ডিসেম্বর ২৭, ১৯৯৯

## সংস্কারগী মৈরী

মহৌশা খোঙচং কায়রে পৃথিবী
নোংজু নুংশা চাং নাইদ্রে,
লৈবাক্কী অশেংবা আইন লৈদ্রে।
চীং উমং কয়া কয়া
চাওখৎলবা খুঙ্গং সহর শুদ্ধোক্নে
ঈশাক কয়ানা বীজুলি শুংনদ্রে।
মীওইবনা তৌবা শুমদবা লৈশিল্লক্তরে,
বিজ্ঞান্না অসুম খূমাঙ চাওশিল্লক্লিবমখৈ
মংফমশিংনা অসুম অসুম কোয়শিল্লক্লি।
লৈনা লৈনা লোইনা কাউনদ্রে
তানা তানা কনাসু খঙখিদ্রে
উনা উনা মাঙদ্রে 'অচুম্বা'।
চীনবান্দা খোইহী পূক্লুংদা হূ
অকুৎপদা লৈতৌবা অতোঙবদা লৈথোনবা
চেল্লি ঈচেল তাউথরি পূম্নমক।
খোংলনু ঈশৈ লাউরনু খোল্লাউ
পূল্লনু মীয়াম ফম্লনু মীতিন
পূম্নমক অরেম্বনি নামৎ মাঙনবনি।
পল্লনু'অচুম্বা' ঝাহন্থোক মাঙগ্রবা,
শেল্লসি অনৌবা ঝাহৈ অমা
অরী-অনৌ পূম্নমক খঙমিন্নবা।
য়েংউ মিতানা সংস্কারগী মৈরীসে
নোকউ তারগা মীকপ মীরাউখোলসে,
কাখৎলক্লিবা মৈখুনা মমশিল্লক্নে কংলৈপাক।।

ফেব্রুবারী ১৭, ২০০৪

# শিগী তর্পন

সৌর-জগৎ য়ৌনা গুনবা পদ্মৌনা
তাইবঙ শীঙ্খা শীবদা ৱারদুনা
মশেক মঙাল খোমজীন্দুনা পোথাগ্রে।
য়ূমশা ষন গোম্বী চেক্লা
কৌজেং হায়ৌ তাইবঙ থিবীক
লাইনীং খুদা ফমফম চঙগ্রে।
অচীকপা তাঙ্গাসিদা ইদোম ফমদুনা
পূক্লিং ৱাখল হকচাং পূন্না
তাইবঙপানগীদমক থৱায় কথোকপ্রৱশিংগী মফমদা
কচ্ছরি মীৎতগী শিগী তর্পন।
শুপ্লম শাসন লোইলম লৈঙাক্লোনগী
মরৈবাক মজাতিগী নীংতম্বা কনবদা
থৱায় কথোকখ্রবা শহীদশিংগী মফমদা
কচ্ছরি মীৎতগী শিগী তর্পন।
মীওইবগী শেংনবা চানবা লৈনবা
শুবা নোম্বতনা মশীঙ্গাং ওইদুনা
থৱায় কথোকখ্রবা মথোয়গী মফমদা
কচ্ছরি মীৎতগী শিগী তর্পন।
কনা লৈজদ্রবা লৈত-লাইরা
তোল্ল-তারবা অৱাবা শোইনাইরবশিংগীদমক্তা
থৱায় কথোকখ্রবা মথোয়গী মফমদা
কচ্ছরি মীৎতগী শিগী তর্পন।
ঙাকশীবা কনবীবা নুংশিবা থৌজানবীবা
অশেংবা অচুম্বা ফজবা য়েনবদা
থৱায় কথোকখ্রবা মথোয়গী মফমদা
কচ্ছরি মীৎতগী শিগী তর্পন।

অচুম্বা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবদা
অহিং নুংথিল বাখল লাম্ভেংনবদা
থবায় কথোকপ্লবা মখোয়গী মফমদা
কচ্চরি মীৎতগী পিগী তর্পন।
হে ! শীঙ্কুংবা শকউদবা মপু,
নঙনা ঐগী থবায়গা তিন্নদুনা
য়েনবীরুরোকো তাইবঙ থম্মোয় খুদিংদা
লাইওইপ্লবশিংগী শিনাইদবা নীংশিং লৈনম॥

ফেব্রুয়ারী ২১, ২০০৪

# মীনোক অমত্তং

ঙশিংনা কোয়শীনবা শংবান্নরবা মালেমসে
মীনা কৃক-কৃক ইন্নরে।
শূনা শূনা নোম্না নোম্না
শূফম নোমফম চানীংঙাই লৈরক্তরে।
পূক্লিং ৱাখল কনামত্তা তিন্নদরে
অঙাঙ অঙাঙবনা অচুম্বা শক্লুরে।
মীশি মীনানা নোংমা কাংদরে
মীকপ মীরাউখোলতনা শীক্ষুংনা নিল্লে।
কুনমাথোইশুবা শতাব্দিগী চিরবা মতমসিদা
লেপ্পা লৈতে, লমদমসিগী ৱাখলচাউবশিং-
লোঞ্জা-লোম্বুপ মীনম থানম্বা,
য়াওদে অচুম্বা শেমদে থাজবা
ফজরবা মখোয়গী নীতি নিয়মদা।
তল্লি মতৌ মখাথাবা মচাশিংনা,
কল্লক্রে য়েংথীনৈ নুংশিনদে অমগা অমগা,
শেংনরি মুন্নরি অঙম অঙম্বা।
তান্নরি চাওখৎলবা লৈবাক কয়ানা
লেপ্পা লৈতনা খূৎলাইগী লমজেল।
পৈশিন্নরি বোম তোপ মিসাইলশিং
কেমিকেল ৱীপন্স ন্যুক্লিয়ারগী খূৎলাইশিং।
শোয়রোই নোংমদি শোক্লরগনি লান
মায়থীমিন্নরগনি ঙম্নমক অকিবা ফংনা।
মচি-মচিদগী থাগৎলকপা লানগী লাম্নেনা
চাকথেকখ্রগনি পৃথিবী কাথেক্লগনি মালেম
উররোই মীওইবা কৌবা জীব অমমুক॥

নবেম্বর ১, ১৯৯১

## মায়া

ইনুং সোরা ঙাল্লকপগা
অহিংগী শক্তম কাউখি;
কোরৌ নুমিৎ তারকপগা
নুংথিলগী ঋারী নীংশিংলুদে।
মীয়োন যুগ কয়া
সমাজ সংস্কৃতি সভ্যতা
থৌদোক ঋাথোক কয়া
চেষ্থ্রে মতমগী ঈচেন্দা।
শোক শকাব্দ থিগ্রিঙৈ
ইতিহাসনা তাহৌ উহৌদ্রবা
অকিবা অঋাবা ঋারীশিং
চেষ্থ্রে হৌত্রবা ঈচেন্দা।
শাবী শানৌ কয়ানা
নুংশি পম্বুং যৌঙমদা
শেংনা খাইনা মৈচাক্লা
তেংথা নাওইনা কপখিরম্মী।
নিংথৌরেল কয়াগী লাল্লাউ
অহানবা অনীশুবা লাঞ্জাও
অশোক-অপন মীশি মীনা
মীকপ মীরাউথোল্লা থনখি।
অকনবা লৈবাকশিংনা তুহৎপীরবা
মরৈবাক্লীংবা অথৌবা শহীদশিংনা
য়েক্লবা মায়থীবা পীগনি
লাউরম্মী শকলম্মী ঋাশক।
তপশক্তিনা মঙাল নাইরবা
ভক্ত মুনি ঋৃশিশিংগী

হোম তপ যজ্ঞা
ওঁকারগী খোঞ্জেল্লা নিল্লম্মী।
মালেমসিদনি পূন্নমক থোকখিবা,
কয়াদা হৈনা খুমজিনখ্রবা,
হে মতমগী লাইরেম্বী!
মুৎসিরবা ইতিহাসনদি লীহৌরি।
মীৎ পাঙনা উখিদ্রে,
না পান্না তাখিদ্রে
লৈয়েং ফাদনা লোহোকখিদ্রে
জ্ঞান লৈনা খঙখিদ্রে !
ময়ূম শঙ্গাইদগী পুথোকখিবা
খরাই থোঙ্গান্দা শিরম্লে,
শীল্লংবা শীমোম্বা চংখিবা
চীংনুং মান্নুংদা পৎলম্লে,
তুরেল ঈরীন্দা তাউথরক্লে,
মালেম লৈরোন্নুংদা ফুন্নম্লে,
শমু হকচাক পুন্নম্লে-
লাউরি খোংলি, পুল্লি।
মীহাৎ মীশি মীনা
মীকপ-মীরাউ তেংথাখোন্না
মালেম অতিয়া নিল্লে-
চেপ্পুরি মতমগী ঈচেন্দা।
ইমাঙমক্তদা শিরি-নারি,
অদুবু ঐ-ঐদি
শিনি কাউনা হিংনরি
অসিহেন্না ঙকপা লৈত্রে॥

জুলাই ৩১, ২০০৩

## ইঙেল্লে

চীংলৈবাক্কী লৈরাং
খাঙজুথক্তা কেল্লে-
য়েম্পংলা শীঙ্গারৈরা
পংশাংতা শাংলি।
য়াক্লবা কোরৌগী মৈশা
ফাওদবরা তনৌরবী লৈকাদা,
কিদবরা অহিং শক্তম
অচীকপা লোইবী চীংনুংদুদা?
কল্লবা শজীবু কালেনগী
অঙাওবা নোংলৈ-নুংশিৎ,
ইঙা ইঙেনগী নোংজু
করম খাঙলিগবা চীংলক্তুদা!
লৈমায়দা চোইজায়না কেল্লে!
পুক্সি লৈরাং ইঙেল্লে,
মীগী মমল লৈত্রে
অশিবনা মরাল ওইরে।
শাংলু লৈরাং শাংলু
ঙাইহাক তাইবঙ লৈকোলসিদা
মপুগী শীচ্ছা লোইদ্রিফাওবা।
অচীকপা থুগায়রবা মখোয়না,
হায়জসনু নীংখা তম্বীনি
কুম্বী কালেন নাইদবীনি।
লেপনাইদবা সমাজগী চংনবী
মীনা শেম্বনি-থুগায়বনি,
অপাম্বা কল্লক-মীহৌবা
পূক্রিং ৰাখন্দগী পোকপনি।

ফজবা পান্দম ঙাক্তনি
মীওইবগী ধর্ম্মনীতি
ফীদমদি অমত্তা য়াওদবা।
তাজনীংদে মীগী মীচৈ,
খাঙজনীংদে মীবাগী নুংশিৎ
উজনীংদে অনুতাপকী পিরাং
কিজৈ সমাজগী শক্লোন।
প্রকৃতিগী অচীকপা তম্পাক্তা
পূক্লিং বাখল য়াওদনা
শাংচনীংই-কেঞ্জনীংই ঐদি॥

জুন ৮, ১৯৯৪

# মপু পান্দবা লৈবাক

নুংশিবনিদা ! নোঙাল্লমদাইগী গোবিন্দগী শেনবুংখোল,
য়াচঙলকপগী মন্দিরগী কাংশী খোল্লেল,
পোম্বী-চেক্লাশিংগী শৈহেক-শৈরোল।
কদাইদা চৎখ্রে, কৈদা লোৎখ্রে—
মীওইবগী নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নবা,
ঈং-তম্না, অচীকপা মহৌশা ?
তারে য়ুমথোঙ খুদিং মীকপখোল !
কৃপ্লে শুমাঙ খুদিং ফীঙৌ !
শারে থোঙ্গাল খুদিং ফূড়া !
লবুক-লম্খাঙ, চীংয়া-তময়া
ঈঙাঙ শঙলে ! ঈমু তৈরে !
লৈরক-খুল্লক, লম্বী-লমজাও
চৎলে নবকীর্ত্তন ! নোংমা কাংদনা।
শম্বন (আইন)না জঙ্গলগী শা ওল্লে,
অফসপা ১৯৫৮ গী মায়খুম উপ্তুনা
অহিং-নুংথিল শারাক তম্নরে -
নুপী-অঙাং মীচম প্রজাশিংবু।
মৈরা পায়দুনা মীৎশেল খাঙনরে
ইমা-ইবেন, ইচে-ইচলশিং;
হিংনবা পুক্নিগী শীখ্বা থাদোক্তুনা
শিববু শান্নপোৎকুম শীংনরে মীয়াম।
কদায়দনো-সত্যম শিভম সুন্দরম,
করিনো অহীংসা, গনতন্ত্রগী বাহল্বোক ?
কনানো— মপী মপা লৈঙাক্লোন,
মীৎ পাঙনা পাঙনা উদবা,
না তানা তানা খঙদবা ?
মপু পান্দবা লৈবাক্লি, লৈবাকসি ॥

সেপ্তেম্বর ৬, ২০০৪

## ষঙ্গেনবা

অশংবা লবুক-লম্মাওদা
মনীংতম্না চারম্বা ষনশিং
য়ূম্নক-খুম্নক্তগী হেন্দোক্তরে;
সহরদা লৈরম্বা মীওইবা
নুংঙাইরবা য়ূম-কৈ থাদোক্তুনা
চীংনুং-মান্নুং থিনরে।
য়েংউ ষঙ্গেনবা, ষনশিংসে–
নারোন্দা কৈনা চারে !
চৎফম চাফম খঙদা
মমীৎ মনা য়ুংনা
মো-ও খোংদুনা চেন্নরে।
নঙগী হূইনা চীকপদা
মচী ময়া তেক্লে,
খূমাঙ-খূদুং শোয়নাইরে,
শিবা নাবা য়াওরে।
লৈবূংদা ঝাইদুনা খৌশারে,
মচী উত্তুনা ফি-ফি কান্নে।
ষনশিংনা লমশা ওল্লক্লিঙৈ
মীৎকপ থোক্লো ষঙ্গেনবা।
অতোঙবা লৈবূংদা ফমদুনা
ব্রজ-বৃন্দাবন্দা মায় ওন্দুনা
খোংলগনু চীন্দা বাঁশী,
থাদোক্লন্নো মথংগী মপোক॥

সেপ্তেম্বর ১৩, ২০০৪

## অওনবা

শম্বন্না
মন ওল্লে,
য়াহৌরকপদা
মনীংথোঙলোমদা থোক্লরে,
নুমিৎ
নোংচুপ্পগী থোক্লে।
উবদা
মী অশিবা,
পোক্লে
থৃক লাউবা।
তাবদা
কনাগী তেংথাখোল,
শীম্বদরে
মীংলুদগী পিরাং।
উখিদ্রে
কাব্য অমত্তদা
মহৌশাগী
নীংথিবা শক্তম,
মীওইবগী
নুংশিববু শৈথাবা
য়াম্না ওল্লে !
মহৌশা, তাইবঙপান॥

সেপ্তেম্বর ১০, ২০০৪

# মী লাই কল্লকপেন্নরসি

শেংলবা সংসারসিদা ঈশ্বর নঙনা
করিগী শেন্নস্লিবনো তাইবঙ মীওইবা,
নংত্রগা, মীওইবা জাতী নঙনা
করিগী লাংলিবনো তাইবঙপান্দা ঈশ্বর ?
অচুম্বা থাজবা ঈশ্বরনা মায়ারা,
পেন্নাইদবা মীওইবগী পুন্সিনা মায়ারা,
মীওইবগী লোইনাইদ্রবা জ্ঞানলা-সংসার,
ঐখোয়সিবু শান্নরিবরা ঈশ্বরনা লীলা?
অরানবা তৌববু দন্দি পীরগা
কনাদা উৎলিবা অচুম-অরান,
শক্তি লৈরবা ঈশ্বরগী খুৎশানা
করিগী শেন্নস্লিবনো ফত্তবা অরানবা ?
হায়রি মীওইবদি ঈশ্বরগী মমিনি,
তাহেদ্রে-উহৈদ্রে, য়েংহেদ্রে-লৈহেদ্রে!
শোক্লরো লান তাঙ্গোই তানবা,
লৌশীল্লো মপু নশাগী নপোং।
পূক্লিংগা ৱাখলগা ঙসিনা ৱাখৈনরসি,
মী লাই কল্লক-পেন্নরসি।।

জুলাই ৩, ২০০১

# নীংঙমদবা

মালেম অতিয়া চীংনরে
নুংশিং নুংশা নেমস্রে
উপাল ৱাপাল মোংহাখিদ্রে
নুংশুক নুংজানরে তাইবঙপান।
চাওখৎপা তান্নরি মীওইবা
মালেম শীনবা থুংনা;
নুংঙাইবনা অৱাবা খঙদেদো,
অৱাবগীনা ৱানা লেল্লি।
পলেম মানবী মানা
কুপ্পী কালেন খঙদা
তরা থিবদা ৱাবদো
করিসু তৌঙমখিদে নীংঙমখিদ্রেদা!
পম্খৌ মানবা মানা
মরাইবক থীবনা ৱাবদো
করিসু তৌঙমখিদে মাগীদমক
চাক্লা কায়নখিবা নীংঙমখিদ্রেদা!
নুংশিবা মরূপ মানা
লাইবক্কা লাম্থেংনবদা ৱাবদো
খঙনা উনা উনা
করিসু তৌঙমখিদে নীংঙমখিদ্রেদা!
নুংশিরবা ইচীন-ইনাওশিংনা
খুদোং চাদবনা কঙাওনদুনা
লন্থী লম্মুক্লনা চৎখিবা
করিসু তৌঙমখিদে নীংঙমখিদ্রেদা!
পৎশ্রবসু হকচাং পোল্লাংসিনা
ওন্দুনা থৱায়সিনা চেক্লা,
মপোক লাংওন চুপ্পা
নীংঙমদা তেংথাদুনা খোংহৌসনু॥

ফেব্রুৱারী ১৫, ২০০৪

## শৈদাংবা

জীব কয়ানা মনীং-মখা তম্না
ঈংনা চীক্লা লৈজরম্বা মালেমসে,
ঙসিদি লৈফম চাফম লৈশিল্লক্তরে।
ঝারে মীওইবা, মীশিং হেনগৎলকপনা;
লৈফম খণ্ডদ্রে, মাঙদ্রে শা-উচেক-
মীওইবগী হীংশাদা শাদানবগী অত্যাচারদা।
অয়ূক্তা চরোই তে-তু খোংখিদরে,
নুমিদাংবাইরমদা ক্লাক্কী লানবাউ চেনখিদ্রে,
চেক্লাশিংগী শৈরোল-শুনা তাখিদরে।
খোংখিদরে অনকপা চীংয়া তময়াদা-
য়োং, শজী, লমহূই, কৈশাল
বাব, লময়েন্নচিংবা শা-উচেকশিং।
ফনা য়াম্বনি মমিং তাখিবা-
লৈরম্বা নুংশি নুংশিরবা উচেকশিংগী
অদুবু, খণ্ডহৌবা উচেকশিংসু উশিল্লক্তরে।
লবুক্তা, চাক্তারম্বা উরোকশিং উশিল্লক্তরে,
উথুমনা তুম-তুম খোংবা তাশিল্লক্তরে,
লঙজা উমাইবী পাইবা উশিল্লক্তরে।
চেক্লাওবী শলংকাক খোংবা তাশিল্লক্তরে,
পূম্রী পাংতা লৈরম্বা, চাক্তারম্বা
উরেনকোম্থৌ, ঙারাকপী, শোইবোন উখিদ্রে,
লমগী ঙানুথঙোং চাক্তাবা পাইরকখিদ্রে।
ওল্লাং-থাদা তেনবা পাইরকখিদরে,
নোংগৌবীনা কুমগী নোং কৌথখিদরে।
য়ূম্লক খুম্লক্তা মকোন শারম্বা-
চোংঙা, খোইনীং, লমখুনু, খুনুখরং

উরিং, মোংবনচিংবা উচেকশিং উশিল্লক্করে।
মুমগী শাইজীল-শাইয়াদা শৈদাংলিবা
তুবোল্লবা শেন্দ্রাং খরসিদা ঙাইশিল্লক্রে
মীওইবগী মরক্তা উরিবা উচেক॥

ফেব্রুৱারী ২৭, ২০০৪

# পোনগী তেনবা

নুমিৎ খুদিং-অয়ূক নুংথিল নুমিদাং-
মীপূম খুদিংনা য়েংনৈ ঐবু মূনা;
হংনদুনা মিং,কৌরম্মী-নুংশি নুংশিনা;
থাগৎলম্মী-শক ফজে, মীরোল তাই।
ঐনা হন্না হন্না হায়জদুনা লাউরম্মীঃ
'ঐবু অমুক্তা থাদোকপীয়ু, অমুক্তা নীংতমহল্লু'
কনানসু খঙখিদ্রে ঐগী নীংবা-কায়রবা ইতৌ,
কনানসু তাখিদ্রে লোহ্নোক্লবা থম্মোয়গী তেংথাখোল।
মখোয়না, অপাম্বা-অশাওবা কল্লক-মীহৌবা
মায়াগী মায়খুমদু অমুক্তং হাংদোক্লনা য়েংলম্লবদি
উরমগদবনি তাইবঙ সংসারগী থূপ্লবা খোঙলে।
মতম'মদা ঐনা তাখি মীওইবগী ধর্ম্ম-
খূৎনা অরানবা তৌবদা মীৎনা উখিনি,
মীৎনা লানবদা পূক্লিংনা খঙখিনি কিনরম্মী।
অদুবু, লৈত্রে অশেংবা অচুম্বা থাজবা,
কায়রে নীতি-নিয়ম ব্রাশক ব্রত;
মাঙখ্রে মীনুংশি-থৌজাল, লাইনীং ধর্ম্ম,
য়াম্না খেন্নরে ! পাপ হিংশানা থল্লে!
নুংঙাইবনিদা ! ঐগী অঙনবা পুন্সি সংসার-
অহানবা কোরৌগী মঙান্না অতিয়া ফাওরকপা,
অয়ূক্কী শেংলবা মালং ইপোম ঈরোয়ননা
ইপাঙশিংগা নুংশি ঈশৈ শক্লনা কোয়রম্মী।
শংবান্নরবা লবুক-লম্মাঙ,চীংয়া তময়া
পাক-চাউরবা পাৎ তুরেল কোয়না
অয়ূক নুংথিল হৈকোল-লৈকোন্দতা লেন্দুনা
নীংথিরবা নুমিদাংবাইরমদা নোক্ল-নোক্লা হল্লকখি।

বসন্তা খৃতুদা আশাগী ইশা খণ্ডুনা
উমং-ৱামং, চীংনুং-মান্নুং কোয়না
উহৈ-ৱাহৈ খৌবোম থন্না চাদুনা
খোয়থুন্নরবা লোক্লুংগী ঈশিং থকখিবা কাউঙমদে।
ঙসিদি, অমুক্তং নাহোক্লবদি ! তাঙ্গা য়েংবনা
ঐগী পুন্সিগী শীঙ্খা অমা ওইরেঃ
খোঙ-খূৎশা তেক্লে, চীন য়া তৎলে,
মীৎতা চেল্লম্বা নুংঙাইৱগী ঈচেল কংখ্রে।
অমাংবা চীঙ্গাক চা, অনৈবা ঈশিং থক্লুনা
কয়াদা কুইরবা ঐনা কৈশুমশঙসিদা লেল্লক্লিবা!
পলেম! নঙবু অপোকপী, পম্বৌ অপোকপা!
নুংশিরবা মরূপলোয়শিং! নখোয়বু অমুক উররোইদ্রা?
নীংশিংইঃ শাদানবদুনা ঐবু লাংদা ফারকঙে
শেল খরগা মন্তিক্লদুনা, মহাজনসিনা পুরক্লগা
শারং-পোম্নুংসিদা থমখিবনি বন্দি ওইনা,
নখোয়গী থম্মোয় ! নুংশিবা নত্তে, পাপনি॥

সেপ্তেম্বর ২১, ২০০০

## হরিনোংনাং

চেক্লা কৌসি কৌঙমদে,
তীন্নী-কাংনিসু হায়ঙমদে
নশানা কুরাংবান মান,
শাওং শাদা য়েংলে
হয়িং-খোই শামান
খ্বঙচেংবা খ্বাঙনৌবা
কুচু উরে শংদানৈ।
মীনদি হায়নৈ নঙবু-
অদুঙৈ, মমা পোক্তবীনা
খাবৈনা লবাই লেম্ফুদা ফূবদা
হরিনোংনাং অসুম্না ওনখিবনি।
চেঙলৌ নশক্তি উদে,
য়াবা খোঙ্গেন্দি মেঙনা
অঙাং নাবা পীশক্লা,
মমাবু নীংঙাই তৌদুনা
তেংথানা কৌবগুম তারিবা;
থম্মোয় নীংঙমদা মৈবাইনা
পূক্লিং বাখল নুংওলহল্লি।
লোইদামথা ইঙানা লাকপদা,
নুংতি নুমিদাংবাইরম য়াচঙলকপা
মমানা মচাবু কৌরকপকান,
পামেল উপাল খুদিংদা
কোরৌ নোংথক্তা য়েংদুনা,
কোয়না পাইদুনা খোংলিবা,
কনাবু কৌনা তেংথাবনো?
চেক্লা শঙ্গুরক্তসু য়াওদে,

খোইয়াম মরক্তসু তিনদে,
অম্মূক নুংথিন্দসু চখোক্তে,
নপাং কনাগসু চাক্তামিম্নদে;
পলেম খাইনা মৈরীনা
পম্থৌ কায়না মৈচাক্লা
থম্মোয় মৈবাইদুনা কঙাওনরবোই!
খোংলনু হাদ হারি
লাক্লগনি পলেম নমা,
ইঙাগী নোংহৌ মরুমদা,
ইল্লরনি খোল্লাং অমৃত
ইঙেনগী নোংজু ঈরীক্লা॥

জুলাই ২৪, ২০০০

# নঙগুম্না মীসু

শাগ্রবা কোরৌগী
য়াক্লবা মৈশানা
লেপ্তুনা ফৃবদা,
শীছ্ববগুম নঙনা
অবা পিরাং,
শীছ্বি মীসু-
নোংদম নাইদবা
তমথীবা লাইবক্কী
অবাবা মৈশানা
তত্তুনা য়েবদা।
অঙাওবা নুংশিংকী
শহুম ফংবদা,
কিদুনা নঙনা
কোয়লোং লোংপগুম,
লোংলি মাসু-
কিরবা চংনবীগী
নুংশিংনা হম্বদা
মদোম অচীকপদা।
লেপ্তুবা মতমগী
অকনবা চৈক্ষুনা
য়েরবদা নঙনা
মখোল থোক্লা
নীংবা কায়না লাউবগুম,
লাউই মাসু
করিগুম্বদা অঙাওবগুম,
লেপ্তুবা পুন্সিগী

অবাবা চৈথেঙনা
হন্ন-হন্না য়েরবদা।
শাগৎচরুই মাসু
মরোল মরোল
বাংল-বাংলবা
আশা কয়া,
পুন্সিগীনি খন্না;
কায়খি খঙহৌদনা
মীকুপ্তা থংনবা
মচেৎ মচেৎ
কয়া থোক্লা।
নঙগুম্না মীসু
পোখাফম খঙদে
মীকুপ অমত্তা,
পল্লেপফম লৈতে
বাকৎফম লৈতে,
হাঙলবা অতিয়াদা
শক্লোন পুদুনা
পাইরিবা লৈচীল॥

এপ্রিল ২০, ১৯৯৩

# ওলেম্পীক্কী ঠৈদিয়মদা

নোংনা অতিয়াদা পাইশিল্লক্লগা মায়কৈ মরিদগী
পূনশিন্নদুনা কূংনা মণ্ডলগা চুথরকপগুম:
ফুস্বংনপ্রে মাগী মায়থোঙ অতিয়া,
চীনবান কাওনা খোঙ্হোক্তা নুংহীক্লনা
শীচ্ছুরক্লে মীৎলু অনীদগী পিরাং।
মাঙজিনথাবা লমজেল্লোয়'মনা লমথুঙফম য়ৌরগা
করিগী কপ্লিবা পিরাং পিরোইননা?
চেল্লকখিবনি মাদি নুংশিংকী মাঙ-থানা,
মখোয়না মতুংদা তান্নরকখিবনি লৈজবীদা-
অকোয়বদা মীয়াম্মা খূবাক খূদুনা নোক্লিঃ
তানফংখিদে য়ৌখি লমথুঙফম মাঙজিনথানা।
থামল্লগা নোকথোক্লকপা,নুংঙাইমল্লগা কপথোক্লকপা
অসিবু ওইরবোইরে তাইবঙগী হৌনশা!

নবেম্বর ২, ২০০৩

# ইদোম তূমিন্না

অচীকপদা শান্নজগে অশেংবদা তিঞ্জগে,
ঈংলবা থম্মোয় মক্কুবা ৱাখলগী
নূরবা ঈচেন্দা তিঞ্জগে পুন্সি।
য়েংজগে লোন্না কপ্পীংবা নোক্লীংবা
নীংথিরবী মহৌশাগী শান্না কুম্মৈ
থৱায় তানা ইদোম তূমিন্না।
চীংয়া তময়া লবুক লম্ফাঙ,
অয়ূক্কী অঙানবা নুংথিলগী অরূবা
নুমিদাংৱাইরমগী অশেংবা তিন্নজগে ৱাখলগা।
ঐগী ঈশৈ নঙগী থাবল,
ঐগী ৱাখল নঙগী মঙাল,
ঈংহনবীয়ু পূক্লিং নঙগী অচীকপনা।
অচুম্বা মাঙথ্রবা থাজবা লৈত্রবা,
লাইনীং লাইশোল ধর্ম্ম মাঙখ্রবা,
লমদমদুদা হিংবা কয়াদা লুখ্রবা!
লাউরি খোংলি লাঙলি নিল্লি,
হৌরি ইরাঙ মচী মচীদা,
থোক্লি ৱাথোক কচীন-কোয়াদা।
মীনোক মীচৈ কল্লক য়েংথী,
হাৎনা শুনরি লৈবাক খুদিং,
কীজে থৱায়না পামজদে পূক্লিংনা।
পাক চাউরবা অনৈবা ঈচেল্লক্তা,
পীক্লা চেল্লিবা শেংলবা ঈচেল
কনানসু খঙদে নৈনদুম উরিদো।।

সেপ্তেম্বর ১২, ১৯৯২

## শোঞগে নঙতবু

নহাক্কী থৌজালগী
ঈংলবা ঈরীক্লা
মুখৎপীরো মৈচাকসে!
ফোঙদোকফম খঙদ্রবা
নুমিৎ খুদিং
ৱামৈগুম্না চাক্লিবা
থম্মোয় লকানুংদা।
অচুম্বা মাঙখ্রবা
থাজবা লৈত্রবা,
মীনোক মীচৈ
মীৱা মৈশা,
খেন্নবতনা থল্লবা
মঙলানগী সংসারসিদগী
পুবীরো লাপ্না।
খলহনবীগনু ৱাখল
অকি তুজুংলবা
পাপ হীংশাগী
পঙলবা থম্মোয়দা;
তাহনবীগনু খোঞ্জেল
শুঙ্কাৎলবা মায়াগী
হাঙলবা নাপ্পদা।
তাকপীরো লম্বেল
অশেংবা অচুম্বা;
কৈদনো ঙমখৈ
তেল্লবা পুন্সিগী;
লমজীংবীয়ু নঙনা

পম্মুংকম য়ৌবফাওবা।
তোয়না শীংপা
লাইবক্কী তমথীরবা
নোংলৈ নুংশিত্তগী
ঙাকথোকপীয়ু ঐবু;
মপান্নাইদ্রবা পুন্সিগী
অবাবা ঈপাক্তগী
কনবীয়ু নঙনা।
অব্বা নুংঙাই
কপ্পা নোকপা,
থাজবা অপেনবা
অশেংবা অচুম্বা,
অহৌবা অরোইবা
নঙতনি লেঙদবা
পুন্সিগী মরূপ।
লেপ্লরে ঙসিদি
নহাক্কী থোঙান্দা,
হাংদোকপীরো লাওনা
থৌজালগী থোঙ;
শকচগে নগুণ
শোঞ্জগে নঙতবু
অরোইবা পুংজাফাওবা।।

নবেম্বর ১০, ১৯৯২

## খৃতু

ঈংনা মেঙনা নীংথিজরবা
অশংবা চরৈনা লৈতেং,
মচু-মচুগী হৈশাল লৈশালগী
খৃজী খৃদোপ পাম্বোমফাবী
লীক নাইন শি;
শীংঙেল লৈরাং খিবীক্লা
শমজী নাপ্পদা ঙান,
নামিবগুম তপ্না তপ্না
খোঙথাং থাংদুনা লাক্লে-
হী-য়াই পুরবী
গুণতনা থল্লবী রানী-
খৃতুলক্কগী অথোইবী য়েন্নীংথা।
ঈথক হৌরে ঈপাক
কুমগী নোংদমখোল তন্নক্লে;
উপাল ৱাপাল মালহৌনরে
হৈরাং লৈরাংনা লৈতেংলক্লে;
থম্মোয় লৈকোল শাৎকায়রক্লে
হৈনম লৈনম্মা চূরে;
পোম্বী চেক্লা খীবিক্লা
শৈরোল শৈহেক তান্নররে;
য়েংঙুবা পোইরে নীংথিবগী
অৱাংপা লৈত্রে ওল্লাংথা।
খাথঙবা মালেম তথ্বায়দি
অসুম নকশিন্না ঙমথরক্লে কোরৌদা
অৱাংথঙবা মালেম তথ্বায়দি
নেমলক্লে কোরৌ মৈশা

শীংলক্লে অঙ্গংবা নুংশিং;
তৃ-খোং তুরেল
তপথরক্লে লাইজা ঈচেল;
উনা বানা শিথরক্লে
মচু নাপু শারক্লে;
খুইজিল্লক্লে উপাল বাপাল
পথরক্লে নাপী শীংনাও
শকওল্লে চীংয়া-তময়া
লাক্লে নাকেম্বা খৃতু।
অয়ূক নুংথিল লৈচীল থা
অহিং খুদিং উন-তা
মৈশা পৃম্বা মালেমগী
লৌশিনখ্রে লোইনা অঙ্গংবনা;
কংশিল্লক্লে পৃথ্রী পাং,
তৃ-খোং তুরেল,
ঈংল উল্লিক পুদুনা
লাক্লে লাক্লে নীংথমথা॥

মার্চ ২৩, ২০০৪

## কয়াদনো নঙসে

তরামরিনীপানবা থাজবু
ঙমজবী মায়থোঙ,
মীশুময়াই পুরিবী
নীংথিরবী শক্তম,
ঙাওনৈ খুদিংমক
ময়াই কারবা
নঙগী নীশাদা,
শোয়ে মীয়াম্না
হায়নৈ নঙবুতা
খঙদবা লৈতে
সংসার পূম্নমক।
তবা-তবানা নীংথিরবা
অঙৌবা চেবাঙ
অমগী মথক্তা
মমিং চংলবা
মপা লৈত্রবা
চিত্রকার কনাগী
চঙখোম্না য়েক্লবা
নীংথিরবা লাইদুদ্গীসু
নঙনা অমুক্তা
হেন্না শুক্নাংলি।
চহী চাম্মা
তপ তৌদুনসু
ব্রহ্মামক্তা ফংঙমদ্রবা
মীওইবগী মপোক,
কাউরে-খাঙাং
লীচং শাজং
ওল্লে শা
ময়াইকারবা পুন্সি।

কখোক্কনি থবায়
নঙগীদমক পাম্মুদনা
মৈরানবীনা মৈনুংদা
চোংশিন্দুনা শিবগুম।
কল্লবা য়োংতগীসু
হেন্না কল্লি
নঙগী থম্মোয়,
শাথীরবা হূদগীসু
হেন্না শাথী
নঙগী মমু;
মৈগী চীংদগীসু
হেন্না তমথী
নঙগী শক্লোন।
নুংশিরবা মীগী
মমা মপা
মচীন মনাও,
অমগা অমগা
নুংশিনহন্দে, হাত্তোক্নহল্লি
নহাক্কী মায়ানা।
পোৎকী মমল
ফালাদা ওনবগুম,
পুন্সিগী মমল
নহাক্না লেপ্লবা,
কয়াদা চাউপ্লবা
নঙগী নগুণসে!
মসিমক্না পৃথিবীসে
কোয়না উংদুনা
চৎহনবনি নহাক্না-
কয়াদনো! নঙসে
হে, পৈশা।।

জানুবারী ২১, ১৯১৩

## লৈচিল

অয়ুৱকী কোরৌনা তরং-তরং নীংথিজবকান,
ঈংনা তৃমিন য়েংদুনা লৈবা
নঙগী শক্তমবু য়েক্কে থৌরাংবা,
অরেম্বদা তাইদো নঙনা ইকায়থিমনখিদুনা!
কোরৌনা লৃনা ব্লাংনা থোকপকান,
নঙনা অঙৌবা চরৈনা লৈতেংদুনা
শংবান্নরবা হাঙলা অতিয়া মিংশেলদা
তারিবা শক্লোনশিংগী নীংথিজবা মমি,
নঙনা লেঙমন্দুনা য়েকপা য়াদেদো।
নুমিৎনা নোংচুপ চীংয়া থাংলকপা,
অঙাঙবা ফিজেৎনা লৈতেং ওইদুনা
লৃরবা পাংকী লাইজা ঈমায়দা
নঙনা মিংশেল য়েংনা কেহৌবা
কয়াদা পৃক্লিং হূনা নীংথিজবা,
নঙনা কোয়রোৎ লোত্তুনা য়েকঙমদেদো।
পৃথ্রী পাৎ তুরেল সমুদ্রদা
ঈশিং ঈপাক ওইনসু লৈবী,
নুংশিৎতসু মনিল ওইনা তিনবী,
হাঙলা মালং নোংদোন অতিয়াদসু
লৈচিল শক্লোন লৌদুনা লৈবী,
ওন্নীং ওন্নীং শক্লোন লৌবী,
নঙগী শক্তমবু করম্না য়েকসিগবা !!

নবেম্বর ৯, ১৯৯৮

## উনবা

নহান নোং নিংথম খৃতু অমদা
মশানৌ মনেমচাগী নাক্তা লাক্লম্বা
নোংমা লাক্কনি পাউমেন্না হনখিবা,
কোরৌ শীংবুম কয়া হৌগ্রে।
পাইমা পীবূক নীংজিং-মাঙজিংনা
থম্মোয় নুংওন্না বাখল ওমচাক্লা
নীংশা-শ্বর তপ্না হোন
শন্নাং তুজুংনা মায়থোঙ মকশিনগ্রে।
মালেমগী নুং-পান ওনবা উবদা
শংবান্নবা শেংলবা নোংদোন অতিয়া
অবা পূক্লিং-লৈচীলনা মায়থোঙ লাংশিনগ্রে।
নুরা মনেমচাবু উননীংবনা লৈতাদরে,
পূক্লিং বাখল নুংশি মৈবায়রক্লে,
কোরৌ মীৎন্না চেজেৎ উইশিনগ্রে।
তগুপ-তরেং নোংথাঙ-কুপ্না নীংথিজবা অতিয়া
য়াঙলবা খোঙথাংনা শহুম চাউনা
মশানৌবু কৌন-কৌনা চেল্লকলে।
মশাবী লাকপা উবদা মালেম
লূরবা পূক্লিং লাইজ ঈপাক
হরাউ ঈথক-ইপোম হৌনা
শন্নাং চোইজায়না জগোয় শারি।
উনরে পূক্লিং অমত্তা ওইনা
থুম্মাংখ্রে হকচাং নুংশি নোংলীক্লা।
শীংলী-তুরেল ঈচেল কনখৎহন
পূক্লিং য়াবা নুংশি ফীগৈ শেংনরন্নগা
তন্না হনগ্রে নোংদোন অতিয়া।

ওঙ্ক্রোম্নবী মালেম্মা পূক্লিং মকালাম্মা
হরাউ মায়থোঙ মোমোন তৌদুনা
নুংশি মায়কৈ য়েংদুনা লেপহৌবা,
তাইবঙনা মপুগী লীলাবু খঙদেদো ॥

জুলাই ৪, ২০০০

## তাজমহল

অঙনবা কোরৌগী মশেক্তা
অয়ুক্কী লীক্লানা ফজবগুম,
মেঙনা নীংথিরবী তাজমহলবু
অহানবা নিংথেমগী অয়ুক্তা
লিরি লিরি হুন্নকপা
মলয়াগুম ঈংলবা সুরদা
নাউশুম ঈশে শকুনা
হুম থেন্নি আগ্রানা।
থাবলগী মেঙলা অহিংদা
লুপাগী চরে নাহোংনা
তাজবু নমদা থোংহৌবা
তাইবঙ মীৎ থকহৌরে।
শুমাঙ থেম্লোংদা লেপ্তুনা
মমানা মচাবু নমদা-থোং
হুম থেম্না শুন্বা,
জগৎতা কয়াদা নীংথিজবা!
মতম কৌবী লাইরেম্বীনা
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং,
লীহৌরি তাজগী বারী
তাইবঙ থম্মোয় খুদিংদা।
থাজগী মায়থোঙদা মায়হিং
করিগী শেন্নন্নিবা লৈশেম্বনা
সংসারগী অশোইবা অমমম ?
লৈকংলাগী থাবলগুম্বী মায়থোঙদা
কবিগী খুদাং-ঈনা নন্নম্বা,
ইতিহাসকী অমুবা শমজুসিনা
ওইহৌরে অনুতাপকী ঈচেল!
চন্নবী তাজগী মতমচুম্নগী ॥

অক্টোবর ১, ১৯৯৯

# নিঙোল চাকৌবা

মীকুপ পুংজা নুমিৎ কয়া
উন-য়েংনা থৈনদুনা চৎনরম্বা,
নুমিৎ থা পৃথিবী
পূন্না উনররে ঙসি।
কোরৌগী নীংথিবা মঙাল
থাজগী মায়থোঙদা তারে,
থাজগী থাবল মিনোক
মালেমদা খোম্থাং য়ৈররে।
থাজ নোংইন পাউমেন্নগ্রে,
লৈকংলাগী পূক্লিং ঈংজরে;
সমুদ্রনা ঈথক্কী জগোয় শারে
য়েংবগী পেনবা নাইদরে।
হাঙল নোংদোন অতিয়া
তাইবঙ মালেম সংসার
নীংথিরে ইফদ ফজরে
হরাউ ফীভৌ কুপ্লে।
নীংথিজরবী পুর্নিমাগী নুমিৎকুম,
ঙসি নিঙোল চাকৌবা নুমিৎনি,
অয়ূক য়েন্দা অঙনবদগী
মায়কৈ শলাই মরি
মীনা খোইরেল মাশা পানগ্রে।
সনাগী মীক নাইন
খূজী খূদোপ শিদুনা,
অহনবা চরৈ লৈতেংদুনা,
সন্দ্রেম্বীগুম য়াংদৌ লমজাওথক্তা
নিঙোল চনুরা কয়ানা

মপাম লমদম পাংনরিবা,
নীংথিদা, ফজেদা, নুংশিদা !
অনকপা অরাপ্পা লমদমদা
য়ুম্নাক শাগে ওনথ্রবী,
লমদম তাপ্পা লৈখিবনা
লোইদাম কয়া উনখিদ্রবা,
নুংশিরবা ইমুং মনুং
অমগা অমগা উনদুনা
পৃকমেন পাউমেন্নদুনা নোকমিন্নবদি
পৃক্লিং ঈথক হৌইদা,
ৱাখল ইপোম লাংইদা !
লৈকাই য়ুমথোঙ খুদিং
তরা লূক হৌদুনা
মথেল লূকোয় শেমগ্রে;
চারিমখৈ ইহাউদ হাউনগ্রে,
হরাউ নুংঙাইবগী খোঙেন্না
মালেম শীঙ্গুনা নিনগ্রে,
পোক্লক্রে নুংশিবগী সুর
স্বর্গ মর্ত্ত শন্নরে।
কল্লবা মতমগী ঈচেল,
লেপ্পাইদবা সমাজগী চৎনবী,
অমম অঙাল খায়বা
অৱা নুংঙাই লোঙবা
অনী নাইবা তাইবঙনি
ৱাখলসি খল্লুবদা পৃক্লিং,
রাহু কেতুনা উম্মীদা !

এপ্রিল ২৯, ২০০০

## যৌবন

হে খৃতু রানী
মালেম মালহৌনবা য়েন্নীংথা,
ওম্থোক্লসু নীংথিগ্রেদা নহাকসে!
লিরি-লিরি শীংপা
নামিবা মলয়ানা তপ্না শোক্লকপদা
পখরবা হকচাং তেকখৎহন,
নহাক্কী শক্তম য়েংলুবদা
উনবী-পূক্লিং খাখল
মীংফম হোংবা য়াদনা
কয়াদা ঈংনা নুংওনখ্রবা!
হমদোকখ্রে অমঙবা নোং,
শংবান্নরবা হাঙল-অতিয়াদা থোক্লক্লে
কাপথোকপদা ঙাইহিবা লশিং-মফোনগুম
তনৌ-তনৌরবা অঙৌবা লৈচিল।
খুইথরুরবা উপাল খাপাল
অনৌবা উনা খানানা য়োম্লে,
হৈকোল লৈকোল শীবিক
হৈপাল-লৈপান্না লৈতেংলে;
পাক্লবা লবুক-লম্খাও
চাউরবা চীংজাও নাপোম,
অশংবা ফিজোল শেংখ্রে।
পৃথ্রী পাং তুরেল সমুদ্রা
ঈথক ইপোম হৌরে হরাউ-তয়াম,
নুংশুক-নুংজানরুরবা সংসারসে
মোমোন মীনোক তমজরে।
কদোমদগী হৌরকপনো করম্না

হন্নকখি মতমগী নোংলৈ-নুংশিং
তেন্নবা তাইবঙ ঈচেন্দা,
উনখি নঙ-ঐ অহানবা
পুন্সি বসন্তা অয়ূক্তা।
ঈরোম্নুংদা তাব তোর্ব্বানগী মমিগুম
নীংথিরবা নঙগী শন্নাং;
তরু তরুরবা অতিয়াদা
অমুবা চুমথাঙ'নী খনবগুম
নীংথিরবা নঙগী পীগুম;
থামন্নবা অহিংদা তগুপ-তরেং
লঙনা থোকপা থৌব্রানগুম
নীংথিরবা নঙগী মীংম্না;
তনীক-তনীক পাং অমনা
লাইজনা তোর্ব্বান পাথোক্কদৌরবগুম
নীংথিরবা নঙগী চীনবান;
নোংঙাল্লমদাইদা থোকপা থাকোইগুম
নীংথিরবা নঙগী মায়থোঙ;
পাক্লবা ঈপাক্কী ঈমায়দা
নামিবা মলয়ানা হুম্বদা
লেংলি লেংলি নোম্বগুম
নোকমি নোকমিরবা নঙগী চেঙলৌ-শক্তম,
হূখি ঐগী থম্মোয়
শুম্নাংখি ঐবু নঙনা।
অহৌবা নঙগা তিন্নবা
অহানবা আশাগী মঙলান
কয়াদা নুংঙাইরবা মতম্নৌ!
খঙহৌদে কুম্বী কালেন
হৌখি নোংজু নুংশা।

শীংলক্লে খা-নোংচুপকী
অঙাংবা মৌসুমী নুংশিৎ ;
অয়ূক নুমিদাংগী অতিয়াদা
থাংলক্লে লৈচিল নোংফাইন ;
তপথরক্লে ঈচেল, কংশিল্লক্লে ঈমায়
পৃথ্রী-পাং তুরেল
কেল্লক্লে উনা-বানা
লাক্লে নাকেম্থা তন্না
মাগা ঐগা কায়নরে।
চংশ্রে খুতু কয়া
লাক্লরোই অমুক হন্না
অদুমগুন্নবা 'যৌবন'গী মতমদো !

ডিসেম্বর ১০, ১৯৯৪

# শিনাইদবা নুংশিবা

হাওলবা অতিয়া শ্বর্গা বাংক্রুরেল লাইশঙ
লূরবা পূক্লিং-লাইজা ঈপাক্তগী হৌয়ক্লগা
লূ-তোং লূজাও তীংলি-য়াংলী
শীংলী-নাউরী তুরেল-তুখোংদা চেঙ্গরক্লুনা
থম্মোয়-মালেম হকচাং-জগৎ শীঙ্গুংনা
চেল্লিবা হল্লিবা 'নুংশিব'গী মগুণ ফোঙমদবনা
থবায় কবিনা কপ্লি অহিং নুংথিল।
অহিং মমৈ অমম-অঙাল শিন্নরকপা,
কংফাল নুংশিংনা লিরি লিরি হন্নকপা,
পোম্বী চেক্লানা য়াকায়রোল ঈশৈ শক্লকপকান-
হাওল-মালংদা শাগল-তূফাং খগুনা
চেক্লা শঙ্গু-শঙ্গুনা চাক্তানবা পাইনরকপা,
হৈরাং-লৈরাংগী খোয়থুম্নরবা মনম পুদুনা
অয়ূক্কী ঈংলবা নামিবা মলয়ানা শীংলকপকান,
নঙনা ঐবু নোকমি-নোকমি লক্লরম্মী।
য়েন্নীংথাগী উপান-বাপান উরী-বারীনা
অনৌবা য়েন্নীং হন্দুনা তনৌ তনৌরকপকান,
নঙগী হয়াউ মথোই কারবা শ্বরনা
পানা ভৌরবা অরঙবা চরৈনা লৈতেংলবা
মথোং কারবা হকচাংনা নিক-নিক লাউনা
নোম্মা-নোম্মা লেঙ-লেঙ চংপদি
ঐগী পূক্লিং মরাং-হৌনা নুংওল্লি।
শজীবুগী অঙাওবা নোংলৈ-নুংশিং মরক্তা
নঙনা হাইনা-হুম্না জগোয় শাবা
ঐগী বাখল ঈথক-ইপোম হৌই।
ইংঙাথাগী লৈচিলনা শংবান্নরবা অতিয়া মকোয়দা

য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈ খুদিং নীংথিজবকান,
নঙনা কোয়চেন-চেন্দুনা কেকুলোংগী শান্নহৌবা
নঙবু থিবদা পূক্লিং ৱাখলনা লাঙতক্লেদো।
ওল্লাংথাগী লৈকোল খুদিং নঙনা চঙদুনা
লোন্ন-লোন্না হৱাউ মীনোক তন্নকপা
ঐগী থৱায়-হকচাং ময়াইকাদুনা ঙাওহল্লি।
মেরাথাগী চীক্লা মেঙলবা থাবল অহিংদা,
লিরি শীংপা নামিবা মলয়াগী তাম্থাদা
নঙনা তুমিন চীক্লা ঈশৈ ঙংবা
ঐগী ৱাখল ঈচেল তপথদনা ফুন্বংনহল্লি।
শংবান্নরবা নোংচুপ চীংদোন্দা নাকেন্থাগী নুমিংনা
ৱারক্কী তয়াল মচুগুম ঙঙ্গ্রোন্ননা নীংথিজরকপা
লবুক-লম্মাঙ চীংয়া-তময়ানা মালহৌনরকপকান,
নঙনা ঐবু মূনা মূনা য়েংহৌবা
ঐগী থম্মোয় হূনা পূক্লিং শুম্মাংলি।
অয়ূক-নুংথিল-নুমিদাং, অচীক-অচীকপদা
মোংলবা ৱাখলগী অনৈবা ঈচেল নাথেদুনা
য়ৈররি নুংশি মাগী ঈথক ইপোম্না
মীকুপ খুদিং তত্তনা থম্মোয়গী তোর্বান্দা।
নঙনা থম্মোয়নুংদা খূৎলাম তোয়না কৌরকপা
মীংস্না অনী তরং লাইজা ঈহৌনা
ঐগী পুন্সিনা ৱাখল তাইবঙদা মঙলাক্লে।
তাক্লুম্মু নুংশি নঙগী নশক নচু,
অহৌবা অরোইবা অরেপ্পা শক্তম, তাইবঙদা
থুংনবা-কায়নবা কপ্পা-নোকপনা পনখৈরা ?
নুংশিবা অচুম্বা মহৌশা ঈশ্বর অমত্তনি,
তাইবঙ সংসারসিনা লৈরিবমখৈ শিনাইদনা লৈহৌরগনি ॥

জুন ১৩, ১৯৯৮

## থাওমৈ

অনকপদা ঊরিবা চীং অসে,
নোংঙাল্লকপগী নুমিৎকী মঙাল্লা য়ৈবদা,
শংবাল্লনা ঈংনা নীংথিজনা ঊরি।
চীংদোনসিনা অঙৌবা লৈচিলনা কুপখিবদা,
অশংবা চীংদুমগী মোল্তেক মথক্তা
প্রকৃতিগী লাইরেম্বীনা অহিং য়ারেক্লল্লগা
নোংঙানখিদুনা ফি তাশিন-লোইশিল্বা নংহৌদা
শ্রো-শ্রো চিংনা চৎখিবগুম ঊরি।
চীংখোঙদা কুঞ্জবন অমা লৈরি,
মনা পৃংলবা উপাল কয়া হৌবি,
লফু পাম্বী লৈ-শু খিবীক্লা লৈতেংলি;
প্রকৃতিগী শৈশকপা উচেক-ব্রায়াশিংনা
নুংশিনা লাইশোল ঈশৈ শক্লি।
চীংখোঙসিদগী কাখল নাইরবা লবুক্লা
অশংবা ফীবাং থাবগুম শন্দোক্লি।
লবুকসিগা তাইননা খা-পাঙনা
লম্বী-লমজাও অমা লৈরি,
মসিগী মনীংদা লাইজনা চোল্লবা
লৃববা পাৎ অমা লৈরি,
পাৎকী লাইজা ঈরোল্লুংদা তাবি-
অতিয়া মালেমগী নীংথিরবা শক্তম।
অমুক্তং ঊরবদি কনাগুম্বনা হায়গনি-
পৃথিবীগী থম্মোয় লীশিং হৃঙম্বা
মহৌশা লাইরেম্বীগী পৃক্লিং মিংশেল্লি।
লৃরবা মীওইবগী পৃক্লিংদা তাবা
ব্রাখলগী মমিদুদি য়াম্না শেংই,

শেংলবা ৱাখন্না মঙাল উই,
অদুগুন্নবা ৱাখল্দু ফোঙদোক্লকপদা
নামিবা মলয়ানা তপ্পা শোক্লকপদা
পূক্লিং হকচাং ফাওনা ঈংবগুম,
অমম্বা পূক্লিংগী থাউমৈ ওইনরি ॥

সেপ্তেম্বর ১২, ২০০৩

# পুন্সি তন্দন

পাইথ্রে তাম্না, চুরন্নগা নোং
মপান্নাইদনা পাক্লবা অতিয়ানা সমুদ্রগুম
অনৌবা লৈচিলগী ঈথক ইপোম্না
লোইবী চীংগী পল্লোন নমখায়রক্লে।
চীংদোনশিংগী মচি-মচিদগী চেল্লরক্লিবা
ঙৌরবা অনৌবা লৈচিলগী ঈশিংচাইবী,
য়েংঙুবদা মীৎফম হোংবা য়াদা
কয়াদা পূক্লিং ঈংনা নীংথিজখ্রবা।
ফজরবা দৃশ্যাশিং অমম্বনা কুপশিনখিবগুম
নোংমগী চেনা মতম্না খুমজিনখিবগুম
অমম্বা অহিংগী সংসারদা ঙাল্লম্বা
পুন্সি তন্দন্না খঙহৌদা মুৎত্রি !

এপ্রিল ১১, ২০০৪

## পুন্সি শীঙ্গা

ঈংলবা নিংথম লৈচিললনা অতিয়াবু
অহিং নুংথিল খায়দনা কৃপম্রবদা,
কোরৌনা শ্বর ফৃইনা হোন্দুনা
অশাওবা অশাবা মতীক ফুদোক্লক্লে।
ওমচাক্লরবা উপাল বাপাল নীংশাশ্বর থীংশ্রে,
মালেম পৃথি মায়থোঙ খুইজিন্না
ময়া ক্রক-ক্রক চীক্লুনা খাঙশ্রে।
শারবা কালেনগী নুংথিল পোবোপসিদা,
পোক্লা কোক্লেন পূমঙৌ ঙৌরবী
চহীনা য়াঙদোন খ্বাঙ কোম্বরবী
শ্বর শদৌ থোংলবী অহল অমা
কোক্তগী লুকমাই থাদুনা ফমথরি।
নোংথি-নোংমংবদা মুশি মুশি থোকপা
মমি শান্নবা নুমিৎ থাগুম,
কুৎলবা মীৎম্না অনীনা হৈনীংদনা য়েংলি;
মমি শান্নবা সুর্জাগ্রহনগী নুমিৎকুম
মঙম শান্নে মাগী মায়থোঙ।
নুংগী অশাবা মৈশা পুঙমদ্রদুনা
মালেম্না থক-থক নীক্লকপগুম
থব্বায় পুঙমদ্রবী ! হকচাংনা নীক্লি।
অসুক অহল ওইরবা শোল্লবসিদা
পুন্সি কৈথেল চরা তাল্লিবা,
কনা লৈজদ্রবীরা ! বাখলসি খল্লিবৈঙে
মঙলম্বা নোংনা হাংদোকখিদুনা ঙাম্হোক্লকপগুম
তুরোই-ঙাম্লোই তন্না হৌগৎলক্লে।
লমথুঙফম য়ৌনবা বাখন্না চীংদুনা

খোঙথাংনা শোল্লাংননা তল্লা থাংখিবা
ঐগী পূক্লিং ৱাখল্লা ফুল্বংনহৌবা।
খওলে— সংসার অসিদি শিনশঙনি,
মীওইনা পোকপদি শীল্লা পাঙলূনবনি॥

এপ্রিল ২৫, ২০০০

## পুন্সি সংসার

মুন্না খল্লুরগা মপান্নাইদে,
খল্লুদ্রগা ইহাও হাওই
পুন্সি তাইবও মালংপান।
সংসারগী অশেংবা শক্তম
পুন্সিগী অরেপ্পা মওং
অওকপনা থল্লি থব্বানমিচাক্কুম।
নুমিৎ থা পৃথিবী
থক খা চিংনবদা
সমুদ্রনা ঈথক হৌবগুম,
পৃক্লিং থব্বায় হকচাং
ইন্দ্রি খোঙচৎ কায়বদা
ব্বাখল ঈথক হৌই।
কোরৌ মৈশানা কনখৎলকপদা
মালেম নুং-পান মৈব্বায়না
পৃথি খোঙলে কায়বগুম,
থব্বায় ইন্দ্রি মৈচাক্পা
পৃক্লিং ব্বাখল মৈব্বায়না
মিহুন খোঙচৎ কায়।
নিংথম ঋতু লাক্কুনা
কোরৌ মৈশা তপথরক্কুনা
মালেম কনশিন ফমজিল্লকপগুম,
পুন্সি নুমিদাংব্বাইরম ওইরক্কুনা
ইন্দ্রি মৈ শোঙ্করক্কুনা
উনশা কনশিন খুইজিল্লকই।
কোরৌ নুমিৎ তাদুনা
থাশি অহিং ওইদুনা

সংসারনা পুম্মম-মন্নগুম,
পুন্সি চেঙজেল লোইদুনা
ৱাখল লৌশিং খমদুনা
পুন্সিনা তাইবঙপান থাদোকখি।।

জুলাই ২১, ২০০০

# তাইবঙ পুন্সি

মালেম লৈনা লৃম্বরা
পলেম ইমানা মরুস্মী,
কোরৌ নোংনা ৱাংবরা
পন্থৌ ইপানা মৱাঙই।
পন্থৌ ইপানা থা'নী
পলেম্মা থাবুম তরা নাউপুদুনা
হুং হুংঙা খোঞ্জেন্না
মপুগী কোলোয় শৈদমদুনা
অঙাং নাৱাদি অপীখক
তাইবঙ মালং ফাওবকইদো।
পুন্সি অযূক য়েন্দা অঙনবা
কোরৌগী মশেক্লা অতিয়া ফাওবকপা,
পলেমগী হৈনা তাম্থা খোঙথাংদা
কাফৈ-কাফৈ ৱাখল-লৌশিং মঙান্দা
মোমোন মীনোক তমজৈদো।
লেপতবা মতমগী ঈচেল তুংইন্ননা
হকচাং পাঙ্গল মপুঙ ফারকই;
মখল মথেল অপাম্বা ৱাখন্না
চেঞ্জোং মাঙজোং লাক্ল-ফাননা
মীথোই মীহেন তাল্লকই।
লাক্লে বসন্তা ঋতু
য়ৌরক্লে তাইবঙ যৌবন পুন্সি,
নুংশি-নুংওন পোক্লে থম্মোয়দা,
পুক্লিং মথুম-মরাং হৌরে
ৱাখল মচী লোঙলে
হকচাং নুং-পান ওল্লে।

লাক্লে ওল্লাংথা ঋতু
ওমচাক্লরে নৈবাক নৈমা
পুন্সি নুংথিল ওইরক্লে,
হিংবগী মায়োক্লবা লানফমদা
অশাওবা মতীং ফুদোক্লক্লে।
লাক্লে হেমন্তা ঋতু
মেঙলক্লে পূক্লিং বাখল
ফাওরক্লে বিশ্ব-প্রেম,
মাঙগী হৌব্রবা বারী
তুংগী তেল্লবা লম্বী
নীংশিংদুনা শীন্থরক্লে পিরাং।
লাক্লে তন্না নিংথমথা
তপথরক্লে ঈচেল কীন্থরক্লে তোর্ব্বান
খুইহিজিল্লক্লে মরূ, কংশিল্লক্লে উপাল;
পুন্সি নুমিদাংবাইরম ওইরক্লে:
পূম্নমক অরোইবা মতম য়ৌরক্লবদা
থবায়না তাইবঙপান থাদোক্লুনা চৎখিনি॥

জুলাই ৫, ২০০০

## ওইজনীংদে অহল

নীংবা থুংদবা কয়া লৈসনু
শনী চাম্মনা য়েংশনসনু,
বিথিনা নোংদম থীনা তমসনু
কৈসু নাচুংদে, নোক্লা খাঙ্গনি,
অসুম ওইসনু নহাগী পুন্সি।
নোংশা অমদি কৈদৌনি
শামু লীশিং মীকুপ্পা হাৎকে;
সমুদ্রা শীৎকে, লোক্তাক ফুনগে,
চীংলোন মাপন ফৃক্কে
অসুম ওইসনু নহাগী পুন্সি।
ফরে ! হৌখ্রসনু মদুমদি-
উরুরগা নীংশিংলকই মতমদো,
খঙহৌদে শীন্থখিবা পিরাং,
পূক্লিং নুংওল্লি ব্রাখল লাঙতক্লে,
কয়াদা নুংশিরবা পুন্সিগী তাঙ্কক্লো !
মতমদো-অঙাং ওইরিঙৈ।
নুংঙাইরবা আশাতনা থল্লবা
পাঙ্গলগী তৃংনফম ওইরবা
অকি তুজুংবা পোক্ত্রবা
ফজবতনা থল্লবা পূক্লিংদা,
ইদোম য়েংলগা ইদোম পেঞ্জবা
নুংশিরবা নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি,
হৌখিদবা ওইসনু পুন্সিসিনা লৈরিমখে।
সনা লুপা লন থুম
পামজদে করিমত্তা সংসারগী
পামজে নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিসিখক্তবু,
ওইজনীংদে ঐদি অহল ॥

১৯৯৪

# উরুবদা নীংশিংলকই

লেপ্পা লৈতনা উণ্ডলি
অহিং নুংথিলগী চক্রা,
করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা
খুৎ থিংজিল্লুবা ঙমদে।
খৃতু কয়া কয়া
হরাউ কুম্মে কয়া
হৌন, হৌন, লাকই
মথং মথং চৎখি।
লমতাগী মৈজাও নুমিৎতা
লমপাক্তা 'হরিবোল' লাউদুনা
কোবী ভৌদুনা চাখিবা
ঙরাংতনি, মীৎমাঙদা উরি।
শজিবু নোংমা পানবা চৈরাওবদা
খোঙ্গান্দা থাদোক্নুনা কৎপা
চাক্লুক খুন্দুনা চাখিবা
ঙরাংতনি, মীৎমাঙদা উরি।
ইঙেনগী কাং চিংবগী
হৈরুক মুন্নদুনা চাখিবা
জয়দেব ক্ষেত্রি চাবা চৎখিবা
ঙরাংতনি, মীৎমাঙদা উরি।
মেরাগী দুর্গা পূজাগী
মণ্ডানী ঈরাৎ থৌনিবগী
লফোই যুবী হূরান্নবা
ঙরাংতনি মীৎমাঙদা উরি।
মৈঙাল নীশিংনা লৈতেংলবা
অমাবশ্যাগী দ্বিপাবলীগী অহিংদা

লগাউ খাওবী শান্নখিবা
ঙরাংতনি, মীৎমাঙদা উরি।
পূম্ব্রী লাইজা ঈরোম্নুংদগী
লাংবন তর্পন কৎপগী
হৈরুক খুন্দুনা চাখিবা
ঙরাংতনি, মীৎমাঙদা উরি।
শিবরাত্রিগী নুমিৎ তারকপদা
কৈরোই লৈকাইগী য়ূমদা
ফোলা চাবা চৎখিবা
ঙরাংতনি, মীৎমাঙদা উরি।
নোংমতা শুকখল খল্লুদে
ওইরিবা পুন্সিগী ফিভম,
অমুবা শল্লাং ঙৌরক্লে
অহল হায়বদো ওইরক্লমাল্লে

সেপ্তেম্বর ৩০, ২০০৩

# অরোইবা অহৌবা

অবাঙবা চীংদোন্দগী চেম্থরকপা তুরেল্লা
লাইজা ঈচেল কয়া ফাংনা
লবুক লন্নাঙ উমং ফাওদুনা
মীকুপ অমত্তা লেপ্তুনা চেম্থরক্লগা
অরোইবা হৌফমদা অমুক তিনখ্রি।
অবাঙবদগী চেম্থরকপা পুন্সি ঈচেলসু
ঈশা-ঈরম কয়া লোঙদুনা
অয়ূক নুংথিল নুমিদাং মায়োক্লা
অবা-নুংঙাই তিন্নবা কায়নবা
অপাম্বা অশাওবা কল্লক মিহৌবা
মায়াগী লমদম ফাওদুনা চেল্লক্লগা
অরোইবা হৌফমদা অমুক তিনখ্রি।
মৃতুনা কেকু ফোঙ ফোঙলদ্রিঙৈ
হৌজিক হোরেল ঙসি হয়েং থিদনা
তন্না পাঙথোকহৌরো পুন্সিগী থৌদাং
চাকখ্রগনি পঞ্চভূতকী হকচাং পোল্লাং,
ওনখ্রগনি উৎ তিনখ্রগনি মালেমদা।।

সেপ্তেম্বর ৩০, ২০০৩

# পুবীমু ননাইবু

নক্লা ফোংনা লোম্না-থুম্না
মনুং মপাল থক-খা
জগৎ শীম্বুংনা নওনা লৈবা
তাইবঙনা খঙঙমদে নঙগী শক্লোন।
নঙগী নুংশা-শ্বর নুংশিংনা
অচৎ-চংতা তাইবঙ থবায় য়োকপীরি,
নঙগী মঙাল মীৎয়েং মখাদা
মীকুপ খুদিং শেন্নরি নচা-ননাইশিংবু।
থাজ থাবল মীৎস্না মীৎয়েংনা
তাইবঙবু মেঙনা নাউয়োক নাউশুল্লি,
পোকপা শিবা নাইবা তাক্লি।
ঙাল্লবা কোরৌ মীৎস্না মীৎয়েংনা
তাইবঙ তূমখুল তপ্না হৌদোক্লুনা
পীরি ব্রাখল লৌশীং মঙাল
উৎলি শীম্বা, পুন্সি খোঙলৈ।
নুংশা-শ্বর ফূইনা হোন্দুনা
পলেমগী পূক্লিং লাইজ্জা ঈহৌহন
ব্রাখল নুংওন্না শম্লাং তুজুংহন
নোংদোন নমীৎ নোংথাঙ কুপ্তুনা
শীন্থরকপ: লীক্লা লাইজা নোংলীক্লা
শেল্লি জীব য়োক্লি চীঙাক।
পোশ্বী চেক্লানা নুংশিনা শৈশকপা
শা-ঙানা মনীংতম্না শান্নজবা
তাইবঙনা হেদো-হেরাও কাজবা
পূম্নমক নঙগী লাংওন খূৎশেম্নি।
মায়থোঙনা শংবান্নবা অতিয়াবু ঙমজবা;

মীৎম্না অনীনা কোরৌ থাজ,
কুচুবু হায়রগা শংবান্নবা মালেম,
মনম্না আগর চা-চন্দন, লৈনম,
লমচৎ শাজৎনা খৃতু খোঙলৈ,
নুংশি নথৌজান্না অহিং নুংথীল,
নগুণবু শৈথারগা মপান্নাইদবনা ওইদো।
ৰাখন্নদি থেন পূক্লিংনদি তথক
জ্ঞ্যানবু মাঙহন ইন্দ্রি হাত্তোকচা
পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ য়ৌরক্লবদা
তাইবঙ মায়া হন্না য়েংলমদনা
শুক্লবা মন্নবা শুরুং ফাওদুনা
থৱায়না নঙগী মায়কৈ য়েংলকপা,
নঙনা মাঙ-থা ননাইনা তুংইন
পুবীয়ু অহৌবা অরোইবা লৈত্রবা
মাঙবা মুৎপা তাবা লৈত্রবা
নোংদোন নয়ূম লাইরৈবাক নশাইকোন্দুদা ॥

জুলাই ৫, ২০০০


MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
ACC. NO. 16246 / Man
IMPHAL